ꯈꯨꯡꯒꯪꯒꯤ ꯄꯨꯈ꯭ꯔꯤ

# খুঙ্গংগী পৃখ্রি

সত্যবতি নিংঙোম্বম



খোর্জেরোয় খূৎমারূপ, থৌবাল

*Khung-gang-gi Pukhri*, a collection of 71 poems by Satyabati Ningombam, Published by writer herself on behalf of Khorjeiroy Khutmarup, Thoubal-785138, Manipur.






অহানবা ফোঙবা : অইবী মশানা খোর্জেরোয় খুৎমারূপ, থৌবালগীদমক ফোঙবা।

মখূমগী লাই : সুধীর নাউরোইবম

মমল : লুপা ১৫০



**অইবীগী ফোঙখ্রবা শৈরেং লাইরিকশিং ঃ**

১। *সনা অপাইবী*, (শৈরেং, ১৯৯৬)

২। *ইতিহাসকী ঈশৈ শকপী অশংবী চীং* (শৈরেং, ১৯৯৯)

৩। *খুন্নৌ লাইফমগী থৌনা ফবী মনিশংবী* (অঙাংগী বাবী, ১৯৯৯)

৪। *অমঙবা নোংলক্কী নোংথাঙ* (রাবীমচা, ২০০০)

৫। *নুপী অমসুং মমিশিং* (রাবীমচা, ২০০৭)

যাইবিরেন কম্যুনিকেশন্স (প্রিন্টিং দিভিজন), উবিপোক খাই ব্রহ্মপুর, বীর তিকেন্দ্রজিৎ লৈকওথোং মনাক, দিষ্ট্রিক্ট এন্দ সেসন্স কোর্টকী মায়োক্নবা, ইম্ফাল-৭৯৫০০১দা নম্লগা পুথোকপা।

# কংচবা

লাইবমলেনদা তিনখ্রবা ইমা পাবা
অনীগী মফমদা।

*—লমন ভোনশিনহৌববী মচা।*

# অইবীগী ৱারোল

সত্যবতি নঙগী শৈবেং পাদবা কুইবে। কমদৌখ্রগে। শৈবেংগী শক্লাইববী ইচেম্মা মেমচৌবী (অবাম্বম ওংবী) না নেংমা ষ্টেট গেষ্ট হাওসতা থংননা ফম্মিন্নবা অমদা হাযখিবনি। ঐ পাক খুমগে ঙমখিদে। কোন্না তপ্না হাযখি খবা খবা ইবদি লৈবে কযামুক শুবমদগে যেংদ্রি।

তশেংবনি খুৎ থেক্তুনা পাকবদা চহী তবাহুমদোইসি ঐ চপ লেপ্তুনা লৈকবে। ইথন্তা ইস কুইমনখ্রেদা চীনদগী থোকখি। শৈবেং ফোঙবা ঙমদবা নুমিৎতুদগী ঐবু লৈতাহন্দে।

কবি সম্মেলনসি কান্নে। ঐবু নম নমদুনা ইহল্লি। দন্দী পান্দুনা ইখিবা খুৎইশিং, চোইনা চোইনা তাবম্বশিংদু খুনগৎলি, জর্নেলশিংদগী ঐগী দাইবিদগী মচোই মচোই খাতা কযামকুমদগী সি বেবসনা ইংলিশ ট্রান্সলেশন তৌখ্রবা কযা খজিক খজিক নৌনা খোৎচিঞ্জববা খবা। প্রপ প্রপ শিনগৎলি। ঐগী শৈবেংগী খোঙচৎ কাযহনবা যাদে লাইবিক অমতদি মশাগৎলগে থৌবাং তৌখি।

নুংতিগী অকাবম কাৰবা সমাজগী নম্বো অমখক পোদুনা চৎপগী পোৎলুম অমখক্লি ঐগী শৈবেং। থীমদি অশুবীনি। ঐখোযনা যাওন্দুনা লৈবিবা সমাজ অসিগী কাযথবক্লিবা শক্তমদগী অনৌবা মহাও লৈবা অতেকপা মালেমগী শক্তম কৈদৌঙৈ ওন্থোবক্কদবা। ঈংনা নুংশিবা সুবদা ঈশৈ শকচবা তাজবা পামজবনি অদুবু মতম্না থীল্লকপা পৃংথীনদা সুব কাযখিদবদি নত্তে। ঐ পেঞ্জদে সংসারসিদা মসিনা অবোইবনি, অবেপ্পনি হাযবা লৈতবা মবম্না। সি খুাংদনা হাযবা বাখল্লোনসিদা হন্দক্কী লাইবকসি পুথোকচবে।

সত্যবতি নিংঙোম্বম

# ৱামাঙ য়ানবা

মীওইবগী মচা ওখৎসিদা সাহিত্যনা যাম্না মকওইবা থৌদাং লৌবি। মবম অদুনা সাহিত্য যাওদ্রবা সভ্যতা, মপূংফাদবা মচু থোক্তবা ওইনা লৌনবক্লে। অমবোমদা কবম্বা কলাগী ঈচেলনা সাহিত্যগী ঈৱাযফমদা থেংলমদবা য়াওবগে? শৈবেংদি সাহিত্যগী যাঙলেন শরুনি। শৈবেংগী মহাও খঙদ্রিবা মহাক্তু সাহিত্যগী মচু শঙদ্রিবা অইবনি হায়না শীংথানৈ।

ঙসিসু মিনা হকচাংগী মতুং ইনবগুম কবিতানা কবিগী মতুং ইল্লি। ইবেম্মা সত্যবতিগী পূক্লিং লৈকোলদা শবৎ ঋতুগী থল্লবা তুবেলগী ঈচেল মথক্তা অঙৌবা লৈচীল মপৈ মপৈনা শান্নববগুম কবিতাগী ঈথিল চবুন চবুন্না শান্নববা, অনৌবা ঈহুল অমনি। লমদমসিগী থৱাযপানবশিংদা নুংশিনা পীজবা খূদোল অমনি। লাইবিকসি তূম্ন ীংবনা অমোল চল্লম্বা অইবীগী থম্মোযদা নৌনা যেন্নীং হুল্লকপনি। অবা মৈচাক্লা ন'ববা পুন্সিব্ যাম্না পাম্মূনা নাউকোঞ্জবনি।

হান্না পা'বা ফংজবগী নুংঙাইবা খবদং ফোঙদোকপা তাববদি—ইবেম্মগী 'ৱাহৈ-ৱাশেম' মযামদগী তোঙানবা খবনা তোঙানব' মহাও পীবি। অথূম্বা, অকনবা, অযাকপা ৱাহৈগী চৈনানা নীংশিংবা থোক্তুবা থৌদোকশিং শৈথাবকপদা অইবীনা ব'হৈশিং যাম্না হৈ-শিংনা শীজিন্নৈ—"অহীংগী অমম্বনা মীনম্বীববা অযুক্কী ফজবা' তমগী'ববা মীচৈদগী' হেনবা' অমকপ' উশিন্নদে কনানসু।", "মীওইবগী আশা, তৌবা ঙম্না... নীংখাযববদা পুন্সিনা যাওখিনি লৈজবা পূম্বা।" অইবীগী' শৈবেংশিং পাকবদ' ফাওবকপা ৱাখলদিযমতম কুইনদগী' শৈবেংনা ঐখোযবু শুম্মৎতুন' লাকখি। মদুমক্তা কর্বিশিংনা মালেমদা নোঙ্গুম্লকপগী মহৈ মীওইবশিংনা উজবা ফংজবিবনি। অদুবু থম্মোযবু থোঙ লোম্দুনা নুংশিৎ নুংশা চঙহন্দ্রবদি কবম্বা ফজবা প্রতিভান' খোঙদোযবৰুনি। হৌজিক্তি সত্যবতি, লৈচীলগী বাগিনীদা যেংলদুনা ঈবীক পল্লবা পুন্সিগী থৌদোকশিং শৈথাবা হৌবক্লে। উকবা খূদিংমক শৈবেং ওইনা উবক্লে। থল্লক্লে—মবাক চপ্পা, মযুং শাংদবা মীওইবগী মপোকসিদা কৈদৌকনি শম্নাং যাওদ্রবা তোর্বানগী কেৱা পাম্বী ওইনা হিংলুদুনা। মবম অসিনা, অইবীগী অযাম্বা শৈবেংশিংদি

মেটাফিজিকেল ওই।

'ঐ অমদি পৃথ্বি
মবী অমদি লৈনবি
লাইজবু ঈখৌ লাংবগী...'

শোক্কবা মীওইবগী পুন্সি মবেলনা অইবীবু মতম চুপ্পা পোথাহন্দে। মাযখুম লৌথোক্তনা যেংই মীহুৎথোঙদগী আকাশকী মাযকৈ মবিদা। যাওবি অমম্বগী যাত্রী কযা, সনা অহিংবা ওইববা মশাগী ইজৎ মাঙজপ্লবা। যুগ অসিগী মঙম শান্দ্রবা মীওইবা খুন্নাইবু লক্কবিবা মী নত্তবা মী, অবোনবা থম্মোয়গী ফিজি হাইগৎতুনা নুংশিৎতা চেল্লিবশিংদা কবিযত্রীনা হাযবি, "লৈথক লৈখা শম্লহনবা" ওইববোইদবা আশানি। মখোযদা শীংনকবদি "লমপ্রাই লোলা নোংদমথী" তানি। মখোযগী পুন্সি মবোলনা—

'দন্দি লৃপতগী
কাপথেক লৃপ
যৌর্হাল্ল অশি লৃপ।'

তেন্না ফোঙদোকপা পুন্সিগী ইতিহাস মচেৎনি। লাইবিকসিদা মৈবী যাওদবা মঙালনা শৈরেংগী মযাং পুবা কয়া যাওবি। যাওবি লমকোয় ৱাবীগুম মচুম চানা ফজরব খৌদোক মচা মচাগী ফজবা মথেক মতেক। মীওইবগী হৌন লাচৎ, মইরেলক নুংশিবা, অচম্বা পান্স মবেলগী অচৌবা থৱায়, কবক্সা মীনা ইস্থোকপা চুমগং লংদাই অমদগী লাংদাই অমদা "ফজেত্রী শেংপীগী অমুবা চন্দন" কনানা য়েংনাংবা যাওবগে' ভগবানগী অভিশাপ ফংলবা মফমগুম ইবেবাক্কী অৱাবা, তমথাবা খৌদোক বাথোকশিংদা অইবীগী শৈরেংনা চাক্তাফম ওইবি।

'য়েংদুনা মীংয়েং শান্না
লাউখিবা মখুং খুৎতুম তানা
ঐনা পামজবা পম্মক মসদা লৈ।'

শৈরেংসিদা অইবীনা তুনানেংবা মক হক্ক শৈশাইক্ত। অমগোমদা অইবীগী পৰিংনা ভৌতিক সংসারদগী নাপ্লোকপদা - "মান্দনগী তাংথক লাইরেন / কাংলা খোঙ্জেলাশিংদা / নঙনা যগাও যশিলহৌদে কানমত্তা চৎসু" অসুম্না শৈশক্তনা পাক্ন ংবু চেংনা কোনশিল্লে। তোর্বানগী ঈদায়কম্মদা ইচেলনা চাবকগুম কানগী চিংথলনা শৈরেংদা চানবা মতৌশানি। অসিগুম্না মতৌনা নোংমা নাৎত্রগী নোংমাদ সত্র্যবাং শৈরেং লংরেম্বীগী অচীকপগী খোঙ্জেল তাবা ফংলগনি। পুন্সিগী 'চবক মীংকুপ

খূদিংদা কবিযত্রীনা—

‘ঐগী য়ুগল্লবা থম্মোয়বু
মেনশিনবী ঐগী শৈবেংশিংনা…’

ৱাহৈশিংসিনা অইবীগী পূক্লিংগী মচু তাক্লি। মসিমক্লা অইবীগা শৈবেংগা লৈনবা অশেংবা মবীদু উৎলি। সত্যবতি ৱাশকসি ঙাকপা ঙম্বী ওইসনু। অৱাবনা থূমহৎলবা মালেমসিদগী কবিশিংগী খোয়থূম্লবা ৱাহৈশিংনা কনবিসনু থৱাযপানবশিংবু। মখোযনি নোংদোলদা থোকপা থাজবু মোমোন নোকহনবা ঙম্বা। চোইথোক্লবনা পূক্লিং ৱাখল ঙম্লগনি থম্লা মাগী শিম্বা পূম্বা শৈবেংগী মেঙলবা ছন্দদা। লাইবিক অসি অইবীগীদি সাহিত্যদা অনৌবা পূক্সি খোঙচৎ অমনি। শৈবেংনা অইবীবু নুংশিনা লাঙ্গোলবীসনু।

যুগেশ্বৰ বাইখ্যা

থৌবাল
২৭ ১১ ২০১০

# য়াওরিবা শৈরেংশিং

খঞ্জদুনা পৃথ্রিসিগী শিংলী নাউবী পৃম্বা ঈহৌবক্লগনি।

ঐ অমদি পৃথ্রি
মবী অমদি লৈনবি
লাইজতবু ঈখৌ লাংমিন্নবগী।

ঐনা ফল্লি
ঈশিং কংলবা পৃখ্রিচৌ মপানদা
থম্মোযদা মিকোন থাগোঞ্জদুনা
পাক-চাউথ্রবা লৈকংলাগী লৈবোম্নুংদা
অকম্বা ঈক ফাওগৎলকপা অশানবা মীৎযেংশিংগা
ঈহৌবক্লবা মপৃ মাগী খ্বাইদগী ফবা খৃৎশেম
ফনা লৈহৌদুনসু পাবমচৎ পুবমচৎ
অওইবা পৃম্বা খাইদোকথ্রগা ওইদবা
লৈনুংদা মঙক লোৎচবদুনা
কংশিনবা ঙমদনা হিংলিবা মক
নোংমদি শোযদনা পোকখাযবক্কনি।

# উমং অমসুং মৈজাও

হে য়াচল লাক্লুবা
শগোলতোংবা তপথদবা পাখঙ
শাবোল থুংনা থূর্পচিন্দুনা লৈবিঙে নশাপূম্বা
মৈশা খাঙঙমদবা নঙনা
কবিগী নখূৎমক্লা অপীকপা মৈবীসি হৌগৎলিবা।

মৈ তীক্লাংবা নঙনা
কবিগী মৈনাক্তা ফম্লীংদ্রিবা।

পাক্লবা মৈবীসিনা শোকখিবা
পাক শন্দোকখ্রবা মৈবী মৈজাওনা
চাকহল্লে উমংসিগী মথবাক্তা।

নঙনা
মৈ মঙী থক্লবনি
নমীৎ অনা মৈ ঈক্লে হঞ্জদুনা
নচীনাদা ঈশবু চংজনা শাই
মচদনা মতুংগুম লংলবা মঙাল লাক্লগনি।

উপালদা লৈঙ লৈঙ জগোয় শাজবম্বা
শঙলেন শংবা উনাশং

ওনখ্রে নাপুমচু ঙম্নমক।

হৈমূন ফাদ্রিবা হৈবাংশিংনা
শংখুইননা লৈমাযদা কেল্লবদা,
নোংমদোলদা শাখপ তোযজবা চেক্লাশিং
নোংবু ঙাইজবী নোংগৌবী
মশা শাগপ চাকথেক্তুনা মৈনুংদা তাশিল্লবদা
শাউববা নুমিৎ
নীংহন্নববা থাজ
অতিযা অমসুং মালেমগী মবমচৎ হোংহল্লে।

কুমজা কযাদগী নঙনা
অশাবা নুংশিৎ খৌবোম থন্না থকচিন্দনা
শপ্লগী নিংঙাই মচা অমত্তুংগী
ফিংগৎলক্লিবা নপামবোম্না গৃ গৃ তকখাযদুনা
কধিগী শীংনবনো অঙাংবগী ফজবা
নশাবু অদুক মীনমজদুনা।

## কাউখ্রবা ঈশৈ

ব্রাং-চাউববা চেকপললসিবুদি
অসোম ব্রাংমগী অবনবা শম্বল
নঙনা হেন্না কিজ্জৈ ঐদি
হোদ্রোং হোনা উবসিনি মীৎসি তাঙজনীংলিবা
তাহৈদ্রবা য়াক্লবা খোঙ্জেলসিনি
ঐনা যেক্লবা ওইনা লৌবিবা।

লীলা ড্রামাগী শক্লোন পুবশিং
অথীবা শক্তম লাংলকপশিংনা
ব্রাহৈগী চাউববা নৃংদুম য়োংতুম লংশিল্লকপদুনি
ঐনা চৈনা খাঙগুমদনা ওন-থোইবিবা
অমুক্তং শকচগে খঞ্জবা ফাবম্বা ঈশৈশিং
বাং-চাউববা চেকপল ব্রাংমসিগী
নীংশিংজু মযাদ্রবদা
কপ্পা নত্তনা কর্বিন্দি শক্লি ঐগী ঈশৈ।

# নীংখায়বা

লৈজবম্বনি থম্মোয় খুদিং
লেঙদ্রবা লন অরাংবা চাং অমমম
থবাকশিংদা ঙাম্ম্লোইদুনা মতম চপ্পগী
আশাগী উমংনা শুক্লবা
মদুদা ঙাল্লম্মী মৈবা পরেং পরেং
মীওইবনা মীওইবদা চংপা মীবমচংপুসু ঙাম্নোকহনবা।

মীখুন নাইদ্রবা লংজিন পুল্লবা
খুংশেমনা মতুম কয়া তাশনখ্রবা
মমৈ মৈ মুববা শাউনবা রাতৈনা
থবাক তম্না থাজিল্লি শাফু কয়া
অহৈবা মখোল খংথোক হোকখিবগা
খুদক্তা থক-খা নীকখি
মঙুক হাইব' হাইব' নেমথবকই
নীংখাযবক্লবা ফক্লাংশিংগা শাগোম্লনা।

# চহুমহুম্ফুমঙা

চহীগী চাকাদি লেপ্তুনা লৈবি
নুমিৎ থোবকই নুমিৎ তাখি
খঞ্জখিবনি খনবা ঙম্বা মথৈ 'আশা'
অমা
অনী
অহুমদগী
চহুমহুম্ফুমঙা
হঞ্জিন হঞ্জিন লাঙতক্লনা
নুমিৎশিং মচীৎ মচীৎ চোইজাইননা
অৱাবনি পেন্দবনি
মশাং খবতসু
ইখুৎ'সনা অর্থ লৈনা শীঙ্জিন্নহৌদ্রবা
অসিনিনে নংত্রা মাঙজখিবা।

# অপুন্বা পুল

অপীকপা পুল অসিদি ওখাক ফজৈ
মচু ময়েক শেংই
অয়েংবগী পূক্লিং শুমহৎ নুংওনহল্লি।

কোক-কাক
ক্রেং-ক্রেং
তুক-তুক
তাং-তাং
কদ্রাক-কদ্রাক তাম্থা নাইনা
হান্নদি মবোল শুনা শেংনা থোকচবম্মী
হায়নৈ লৈত্তে মালেমদা
সিগুম্বা অনীশুবা পুল
নুংদা মশেক মঙাল যাইপুবা
অমব ওইবা মণি মতুম ফুম্বা।

মীৎকৃপ থৃদিং
পৃংজা থৃদিং
তপ্না তপ্না হৈজিল্লক্লি
পৎ পুন্নবা ফত্ত-হৌদি নমথী-হঙাই
থেংখাং থেংখাং লেপ্তুনা
মমায় চোলহল্লে পুল অসে ঙসিদি

অপুম-অশাতনা নীক-নীক।

হৌজিক্তি মবোল থোকখিদ্রে তৃমিন লৈখ্রে
চ্রীক-চ্রাক অনুক্তসু লাউখিদ্রে
অমোৎপতনা কনশিন্দুনা ফমথখ্রবনা
গঙ্গাগী শেংলবা ঈশিং হৈথদুনা ঈনোৎ পীববসু
চঙশিল্লু যাদ্রে অকৃবা
মণিদুসু ঙমজদ্রে মশেক মঙাল হন্না পীথোকচবা।

যুগসিগী অহীং খৃদিং নুংথিল খৃদিং
পূল্লপ চোল্লপ পোক্লকপা খৃৎলেঙবশিংনা
পুল অসে হৌজিক্তি পুথোক্লে
সভা মযাযদা খিন্দনা।

বোম ভোপ নোংমৈ শীংজং শাগোল্লবা
অঙাংবা মীং লিশিংনা কৃপ্না যেংশিল্লি
লিংলবা পান্থুম হাউগৎতুনা
হৎ হৎলর্মশিং হৎতুম তানা
-সমদ তম্বা ভুম্নৈ পোত্তনদুনা
পুল অসে থুগায়বা ভুর্ম্মী
ঈংকুপত থুগাযাবা ভুর্ম্মী

হবনা পশুম শৃকই
হবনা মবাম্বক ফন্দোকই
হবনা মবেং তুম ফন্দোকই
কি শেম্মী অহানবা তাঞ্জা নৌবগী
মণি মতুম তান্নবগী।

মখোয নোকপা ঙমদে হিদাম্নবদা
তৃম্বা ঙমদে অহীংদসু
খঙদে কৈদৌঙৈ কাযগদবনো পূল অসে
মণিগী ইতিহাস কৈদৌঙৈ লোইখিদৌবনো।

ফনা পোক্লক্লনসু অনৌবা মী
খৃৎ অমত্তসু পান্দে থম্নবিনবা
পীকখ্রবা মক অমত্তসু পুন্সিদা
কুমগী নোংজুনা পোপ পোপ ফৃবদা
লৈবাং লৈপালগুম্না হৌবকঙম্বা
অমোংপবু লৈহাও ওন্না চিংথোকঙম্বা
মঙ মঙদে অদুগুম্বা মঙ অমত্তস পাম্বীগী
অশংবা মনা অনীগী কাবক্তা
মচু মচুগী লৈবাং শাৎঙম্বা
অনৌবা পুলগী পুক্সি অমা পুবক্কদবা।

## পাদম

শো তংত্রবা হোজঙগী
অখোযবা লম্বীদা
অর্থ খঙবা মানবা মানবী
পকচবা পকচবশিং চঙনখ্রি
মনীংথোঙদা মনীংথোঙদা।
খুংথীত্রবা বা কাউথোক্লখি
যানশিল্লববা মীনোক্তা
অবোনবা চান্নো
ফবক মকম কোনশিল্লি
অদুবু হৈজিক হৌজিকসু
মমাঙথোংদি ক্রক লোনশিল্লি।

# খূদোনবী

শাংদ্রোং শাংবা লায়জৌববা খূদোনবী শোজৈশিং
অমনা অমগী থম্মোয়দা পণ্ডথিনদা থিল্লি
মচীনবান কাথোক কাথোক্লুনা
য়াক-খাত্রবা খোঙ্জেলনা ঈরায় ইনিল্লি।

অণ্ডকপদি
কনা গুম্বা অমত্তসু তম্থবক্লুনা
হৌজিক ফাওবা চোকথনদ্রিবসিনি।

সুক যাম্বা খূৎকী থক্তোবকপা খূদোনবী শোজৈ
তু চুংনা থিন্দে কনামত্তনসু
মশাগী চান্নজবা থম্মেযাকোনগী উপু-রাযখূদা
অদুনা হাংদোক্লে
হাংদোক্লে হৌজিকসু শান্তিগী সনথোঙ
হোংনাইদবা অকক্লবা পাক্লুং মবাঙ হৌনা
উজবা ফংগদবা লেঙদবা শান্তিগী উমং।

## ঙসি

মিংশেল খাঙবগী কান্নদবা
মীকপ থোক্লগা তৃম্লীংবা অযূর্কশিংদা
খূৎতা চপ্লা যাদবা ব্লাযেন কাতি পাযবা
ফস্বাল তোংজববা দোষ পক্লবা নুপাদুনা
মখৌ পোঙনা লাউথোকই
ঐ নিংথৌনি হেনথোইবা
কোনুং অসিগী মবুংঙোনি
মখোঙ জুবাদি উৎপূংগী কোমদা পূখদুনা।

# লম্মূক্লরবা চেক্লাচা

মৈদা ঈক্লগা উমংবু
মচু অমত্তদা ওম্ভোকপিবে
অনেম্বা পাম্বী
অরাংবা উপাল
যেৎচবম্বা উবী
মসি মঙালগী মক্ন হুনগনি হায।

মৈশানা উমংশিংবু মথৌ খক শঙবা ঙমদে
তাঙ্গোযখক ওম্ভোকপা নত্তনা।
মহৌশা মচৎ নাইববু তাইওন্নববদা
মৈখূ ধকপদা চবম ফুনগৎলে অত্তিযা
বসন্তনা কদোমদা
শরৎ ঋতুনা কদাযদা।

হাদা উচেক শঙ্গোম মচু
কদায নঙগী যাবেক নকোল
নচীনদা চীঙ্গাক উমদুনা
কবিগী কোযনা কোযনা পাইবিবা
নহুমদা নুংশিনা কোঞ্জবম্বা
অশিবা নচাশিং যেংদুনা
পাইথগদৌবা পাইখিগদবা শাখপ খঙদনা।

# উন মানবা ঊৎ

ৱাহ্! কযাদি ফজখ্রবা
আ: আ:গী অবেপ্পা চীংমাযশিংসে
কুমওনগী মপাউ তন্লিবা
চীংলোনগী মথংদা চীংলোন
থেল্লিবসে উনদুম্না কৃপ্লবা
হিমালযগুম খোঙফম চেৎলবা।

চঙশিল্লুবগদি
নকশিল্লুবগদি
শ্বায লাউই লৱাইদুম শাগৎলি
নঙগী মহৌশা মচৎ নাইজবদো
মকাল পীশিন পীশিন্দুনা
অৱাবনি অৱাবনি
খোনগৎলম্লে কাউইথাংনবা উৎকী উৎপুং
মনুংদা কাথেল্লকপা ইতিহাস ফুর্মডিনবা।

# ঙাঙ্খোক্রম্বা মীনোক

নোংমৈদুনা থেং থেং হেক কাপ্লগা
চেস্থবম্মী চীনখুনদগী কুং থাববা শঙ্গোম মহী
অহাঙবা পাত্র পাযবা চবাম্নববা
মথুম মবাং হৌববা অহল নহা অঙাং শুনা
হিদায়দুনা চেনশিন্নে ঈখৌলাংনা
থকচনবা পেন্না অমুক্তং।

হেন্দ গ্রেনেদতুনা অমুক্তং লংলকপদা
চাইথোবকই হৈমুর্নাশিং খোঙ্গীৎ কাববা
সেম কোমলা চম্প্রা লফোই অঙ্গুব হৈগী জাৎ শুনা
থুম্মোক্ক থুম্মোক্ক চেনশিন্নে মকানা
খুৎকা হৎকা হনবী হানবা তান্নে হৈবাংশিং।

যোমদনা হাক অমুক্তং চীনা পোকখাযাখিবদা
পমচাই মইথোবকই হীবা মাগী মুক্তাশিং কুফেৎ কাফেৎ
হাপ্তুনবা চাংচাই [illegible] ঈন্না খুৎকা হৎকা
এন্দ্রো খুং গংগী লৈমাযদগী ইবং লংবা খুবাম অমা
লন হল্লবা স্বর্গী ম্নাবকপা মীনোক্রক্রুদা
এসু মোমেন নোকখি নোকফেৎ নোকফেৎ
ডাডুবেদনা সদি তুমদনা মড মঙলেদনা
ইমানা এবু চৈব চৈবদুনা মঙফাওনহনর্বিখ।

# অরোয়বা কোক থম্ফম

মখোঙ পান্দবা পূকচাউবা
চাদুনা থক্কুনা লেঙবিবক্কে
মাগী থোকখিবা খুঙ্গংগী থোঙজিনদা।

লেপ্লবে চহী মঙাগী তুং
রা ভ্রাঙবিবে যা কাংথোক্কুনা
চাকথুংদ্রবশিংগী
ফথুংদ্রবশিংগী
লম্বী-থোং ফত্তবগী
উং তৈবা চিম্বালদুনা অথুম্বা খোইহাগী রা।

নূম্বল খুঙ্গংগা পোংলম
ফৈজা চাউনা শাদুনা
উম্মি উম্মিবা ভুংভুবা
মশিগী মতমগী বাভ্রাভুনা লায়থোকহল্লে।

খুংফংনা ফানবা
লাং অচৌবা থাক্লকই
করাকথংগু তাইগংপা খংদুনা
কনাগী মনা শোক্তদংলে
কনাগী মচীন তংতনবিরে

লাইজ ঈশিংনি হাযদুনা
উফূল চাইশিন্দুনা মীৎ থূপহল্লে।

তাশিন খোমজিল্লি
ওল্লাংলবা মীযামগী পূক্লিং
লৈবক খুল্লক কোনা কাচিন
কোম্বিং ওপবেশন চথদুনা
ইচাই চাইথাইনা থম্বিবল্লে
ফীবালগী ফীবাল ঙাক্তা
ভিক্ষাগী ঝুলি থন্দুনা
মনাই মশন যোমশিন্দুনা
মহাক ঈংথনা চৎচখ্রে।

অবোযবা অদুদি হৌজিক নংত্রি
খণ্ডজদে কনানসু
অহানবা নমথাক্তগী
অকোনবা নমথাক্ত হেন্না
চাউবা অমসুং মযাক কল্লি।

# বক্সোপ

ঙবাংতা

মপাল ফবিঙৈ চৎখিবনি কাংগাং কাংগাংননা
শাযখিবনি কতলগুম উমশাই-উমশাইননা
নোকখিবগী খোইকম মোমোন-মোমোন্নননা
যেংখিবনি মীংযেং কোইরুপ-কোইরুপ
খোমখিবনি মমল চোম্লপ-চোম্লপ

থম্মোয় যাওদা নুংশিবখি
লৈচং যাওদা লমচং চংখি
বাশি কংনা মীংযেংনখি
তানা থিনবা বাযম্ম ভুম্ভুখি
খবী মপ ওইনীংবগী কবাম্মনা
বক্সা লৈশি কর্বানোম্মা মানড্রাউ খবর্দ।

তৌর্থিক্রে

মখোংভু পাল্লি থাংভুমদে মখুৎ পাযদবসু কেনথ্রবগুম
মবুক হাযবা বোল অকাল্লী মমায়না শুক্রং নাক্রং
অপাইবা নুংশিৎ চগুলবদা বক্সান মাল কাযদুনা
দেশ দেশ খোংভুশাল্লি অখাকপা উশাদা পল্লুবি।

ঙসিদি

সুনদা বন্ধান হন্দোকই
গতি উপায় লৈত্রবদা অবোয়বদা শুমাঙলা তাই।

# খোঙচৎ অসিদা ঐ

অযুক্তা
নৈমাযসিবু হন্না হন্না লাইবক কৎলদুনা
হঞ্জিন হঞ্জিন ৱাশকখিবনি
নঙগীদমক ঐখোয় লাম্মীনি।

ঐ
নঙ
মা
ঐখোয় অহুম
অপনবা শক্তেম্মনি
অপুনবা খোঙবুনি
নুংশিবা থৌনা কংখেৎকপনা
শান্তিবু পোদুনা পম্মদনা পুরক্কনি
নুমিৎকী অরংবা মন্ডল
ইশা পুম্বা ত্রৈশিল্লগা হল্লক্কনি
ঐখোয়না লাউখি অপূবনা জয়
নীংতম্বনা জয়।

ৱাশক্রুগী হেক তুংদা
পূকচেল হোংখি নুংথিল পোরোম্পতা।

নঙনা থেম্মি ঐবু নঙ ওল্লু
মানসু থেম্মি ঐবু মহাক ওল্লু।

খূদক্তা বাবণ মকোক শৌগৎলকখি
মনাদা মচী থিনগৎলকখি
মতুংদা মমৈ পানখৎলকখি
নঙনা মহাক্কুম্বা মযাম ওনখি
মহাক্কা নঙগুম্বা মযাম ওম্থোকখি
ওম্থোক ওনশিনদা নথৌ চিনখি
মখযাৎ হিগৎ হিগৎতুনা
খূদুংনা লৈশা হোগাযবকখি
মথীবোং মবীল চিংথোবক্লি।

মহীংদা
খোঙচৎ অসিদ'
হৌজিক ঙাঙনবগী মখোল্লর্তান তাবিবসি।

# অহাম্বা চরু

চাবোকশঙদা
মনুংথোঙলোন হাংদুনা
মমাওইবীগী গর্ভনুংদগী
তিনজেল্লবা নাব্রাশিংনা খোঙদোয়বকই
মবাযবক অমত্তা পান্দনা।

পোকচবীগী তাইববা মাযথোঙনা
কযাদি নুংশিনা যেংজবা
মখোঞ্জেল নৌবা হংঙা হংঙাদা।

মশেগাদা চেজেৎ থাগোন্দুনা
ইর্নবিবি হূ চেনবা মথানুং অমৃত
লৈকাংলাগী কলষ্ট্রম।

শংলী নভৈবী পৃম্ব
অপুম্ব ঈতনা ঈচেল নইখ্রবা
পোকচবীনা যেংত্তে নাব্রাগী কাইফৈ কাইফৈ থংবা
জ্রিং জ্রিং খোঙজী মখোলদা
খম্নাইদ্রবা মৈ অমা মৈবী থোক্লা চাক্লক্লি
তবং শঙ্গায কীম্থনক্লি পো চৎপা খোঙচৎসিগী।

## লূপ

কিংতা নম্মী
লৈতোন ক্রক চীক্লা
ঙাঙথোক্লীংবা পূম্বা খৌনাউদগী হেন্দ্রে।

দম্দী লূপতগী
কাপথেক লূপ
যৌহল্লি অশি লূপ।

মীশিংনা
মী নত্তবগী থবক তৌবি।

# ইজ্জৎ মাঙবা

ঙসিদি ঐ
লমদমসিগী লৈহাওদা
পোকচকবা মী ওইকবনা
থম্মোয় অঁস থিনগার্যবিবে
অশোযবা তাজিনা চাম্মনা।

পেবেগুম শৌগৎলক্লিবা কাবণ মকোক
শলাক শাবা থৌদোক রাথোক
মটপে মটপে পৈদুনা লৈ
ঐখোযগী লৈবক কোনশাং চিং পাং, ভূবেল
কাবন তাবম্বা খৌনা য়া ওদর্কশংগা
কবল্লা কৌসিগেন্দে পামজনা
লমদমসিগী ইঁ ঙহংসকা বাবা বাংবা।

মনাক য়ুং পল্লা হাউদুনা মাংচুংবা কথুবা
লমদমসিগী লৈ থুলশিং
অঙাং নারা ওইবশিং
কয়াদা লাইমনা ওল্লবা
ওইহল্লাংখ্রেদা অঙা থৈনাখ্রবা বাদা।

ঠাংপগী প্রলয়

মসিমক্না মাঙজববনি
হল্লবা মমলদা য়োন্দুনা
সনা অহিংবা ইজ্জৎশিং।

## য়াদবা

অথাম্লদনা চীংথক্কী য়ূমশিং
য়ারোই নোংথক্তা তিল্লুবা
খাদনা তম্পাক য়ূমশিং
য়ারোই লৈখাদা চঙ্ঙুবা
নতীক ওইদে য়ূমলিংদবা
লৈথক লৈখা শম্লহন্দবা
মীয়ূম ঙাক্তনি লৈশেমশৈদগী লৈনবকপা।

# লৈতোং লৈকূৎ

ঐখোয়গী খুঙ্গং অমসুং শহবশিং
লৈবোল লৈবোল তৌখায় য়ানখায
চাইথোক্লি মচী মচী লৈতোং লৈকূৎতনা।

ঙংদুনা ময়া তমথীনা খিগৎলবা
হূইথৌ শঙ্গু শঙ্গুশিংনা
কাতু কাবল যাঙনা চেন্দুনা
খুবৌ কযামসু থাংজিল্লি।

চক্ত-যাদবা অকিবগী খোঙচৎসিদা
অমগা অমগা লেংথৈনৈ
ফাদোক্লুম মশা মশাগী থরায কোন্দুনা
ইখঙ খঙহৌদনা শিবগদবশিংনা
কলিঙ্গগী লাম্মীগুম
থবায পূম্বা মৈথক্তা ঙৌদুনা
তৃশোন্নবা হকচাংশিং চিংদুনা চৎলি।

খোঙথাং খূদিং
খূদি থীজিল্লি লৈতোংশিংদা
অকূৎপদা তাশিল্লি
থম্মোযদগী ঈ থোক্লকই

চৈনাখোলতনা ইনিন নিল্লি।

মবূক থল্লবা নাপল কাববশিংনা
পূং ঈশৈ শকচিন্দুনা
মতোং চানবগীদমক খুদোশ্বী থিল্লি
মশা চোকথদুনা মতীক যাওদনা
ফেল্লৈনননা খোঙ থাংজববশিংবু
তুংদা শাজৈ থাব থাবদুনা
ফমশীৎ শীৎতুনা চৎহল্লি
যৌববোইদবা পোথাশঙ তম্না।

# ঐখোয়গী লৌবূক

মপুক্সি শাংলক্লিবা
কৈবু কৈওইবশিং উতোং অহোবশিংগা
মচা মচি কুমলাযনাগুম চিফেৎ চিফেৎ
অনৌবা পুথোকপা খৃৎশান্না অমদা
মশা মশাগী ইতিহাস খোঙনেৎননা
যেক্লবা শান্নে
চাযনবা শান্নে
তেমশীংনবা শান্নে
অপোবা যাওদে
অকাবা লৈতে।

কবিবু মন্নবনো কবিন ভান্নবনো
নিংঙাই কনবা, পেনগন্দবা ওইবং মী।

দং দং
লম্লব ...ৈম মখোলশিংনা
থৌজিকাসদা ওইবে বেফ্রা
যাক্লা পোকখাযবা অহৈবা বোমনা
মতমসিগী হৈশিংবা জজ ওইহল্লে।

শীংকৃপ শানা থুগার্যাবিবে লৌবূকশিংগী লৈমায

পাইথোবকপা মৈথূ মৈশা মৈবীতনা
শঙজিনবিবে নৌনা শেন্বা থীববা মচু খূৎশেমগী
অব-তাব হৈথবিবে লেপত্রবা ঈগী নেংজু
ঐখোযগী লৌবূক্কী হীকথববা পাক্লবা মবায়বক্তা।

যামফম তানা তুথখ্রবসু অশি ফমুংদা অয়েকলাইগুম
মীৎ পাঙনা ঙাইবি থন্নায় নোংগৌবীনা
মহৌশা লৌবূক্কী পাক্লবা লাইবক্তা
অমুক্তি শোযদনা চুথগনি খতুগী ঈবীক
ঐখোযগী লৌবূক্লা ঙাইবি।

# লৈকোল

হো লৈ-লাংবা
লৈকোল যেংলিবা
নত্তবনি লৈকোলসে অঙাংবা লৈ শাৎফমতমক
মচু মচুগী লৈবাং শাৎমিন্নদনা
অঙাংবগী ফজবা কবম শক্তাক্কনি।

হো মালী
লৈ চাবাশিং শন্দোক্লিবা
অচাউবা মচু মচুশিং ঙমখৈ চাইগোইনুং চোইথোকহন্দা
পাম্বোম পবেং শম্বল খাগৎ
ঙাক্লৌ পীবদুনি লৈকোলগী ইজ্জৎ।

হো লৈখোঙ শোম্বা
লৈখোঙ শেংলিবা
মচু তক্কক্লা মযাযদা শাৎহন
অঙাংবা মচুতনা ফীবাল চনখৎ
বাশি হাপ্পা পকচবদি অঙাংবা মচুতনি লৈকোলগী।

পাক্লং ঈথিলনা কোইহোই হোইবিবা
মীনিল মীবাওখোল তৈববা
লৈবাংশিংগী হক্লোন মাঙহনবা

কন্না কন্না শীৎপা হে মতমগী নুংশিৎ
শীৎলু শীৎলু শীৎচসনু।

ঐ নুং ওনথ্রগে
হে মিপাইথীববা নহাকসু মহাকসু ওল্লকউ নুং
হাথু হাথু শাংদোবক্লিবা
অখোযবা খুৎশাশিংনা শোকঙমদনবা
খাগৎসিনে ঐখোয অহুম
নুংগী শম্বল ব্রাংথোইবা
শোকচসনু শোকচসনু শোকখিসনু
ঐখোযগী নঙগী শম্বলতদা।

ঋতুগী নুমিৎ থা থব্রানর্মিচাক্লা
ঐখোযগী অতিযাদা শান্নবকপদা
পোমশাৎনবী লৈগা লৈগা থেঙ্গাযনবগী
চাইথোবকপা লৈনমদা ঙা ওখিদুনা
মীৎ থকচখিসনু খঙজখিসনু
ফজবগী ভুংনফমদি লৈবাংদনি
ফজবা মহাকসে অচম্বগী মর্শক্ল
মচু মচুগী লৈবাংশিংতনা
পীগনি হৌভিক্কী পাউখুম
ফজবা নঙসে শান্তিগী শক্তাম্ন।

# খৌরাংবা

নোংমা চোকথববা নুমিদাংৱাইবম অমদা
ফৃদিৎ ফৃনা চুথবকপা নোংহৌদা
মপুঙ্গিগী শুনু তৈবিবা ঙমদ্রবা
ফ্রোং ফ্রোং কীম্বববা খাংপোকশঙদুগী
থোঙবা তেকখ্রবা থোঙনাওদুদা
নোং থৃপচনীংবা নহাদুনা
মৃনা মৃনা যেংশিনখি অতম্বনা
মাগী চোৎলবা মীৎম্নানা।

শক্তম অমত্তসু উখিদ্রে
শৃক তবা মমখবে
চবোৎ হাবুংনসু শোঙলম্লে
মমীৎতু নোইখি হন্না হন্না
মাগী খৃৎশা তবানা।

তন্দন মপীশিং পাইথোকখ
তৌবা হুমদাংদা মতুম মতুম যাম্নবি
শেংবিদ্রবা লৈকাংশিং
মনিল খবসু কাবকখি
অদুদগী লৈহীং মনম্না যৈবকখি
মাগী নাতোন শুমাংদা

খনখি মশীং অহুন্নক হকথী-হকথী।

কোক্তগী তোনফাও পূমচোং চোংলবা
মহাক্কী উনশাদু খুইথরন্নে
ঈ থাংদবা চীনবাল তাইফেং তাইরে
মহাক তশেংনা হনুবে ফিজেংশিং মম্থবে
অতোনবা মতৌ উংলক্নে
অবাম খৌবাংবনা খৌগংনরে
খঙহৌদনা ছুরক্নে চীংজাওশিংনা মকোক্তা
মৈবী মৈফু চাক্লক্নে মথবক্তা ঙুং ঙুং।

নোংলীক্লা পোপথোক্লবা জুবি তাফমদা
তুংহন্নবক্নে হল্লগেদা খন্না
মশামক্কী খোঙ্গুলনা পরেং পরেং
ব্রু ব্রু পুখরবা শুমাঙদুদা
অবোযবা ওইনা অমুক্তংদি যেংজনীংখি
নীংকোক নীংকোকপা পূক্নিংনা।

লিবি শুন্নকপা নুংশিংতো
নোংথাঙগী মঙাল তোযবকখি।

খক খক পল্লকখি মাগী হাংদোক্লবব খোঙথাং
পূক্নিংগী তাল কার্দখি
শাইনা তুমথনীংলকই লৈমায়দুদা
মমা ওইবীগী থোংলবা পান্থমনুংদা শিবথুন্না
'নমন' ফক্লাংদা ঙাওদুনা তপ্পা তপ্পা ফমথক্নে
হুং চেক-চেক চেক

মশা খিং-খিং লাউবা শেন্দ্রাংশিং
নোংলক্তগী ফ্রং পাইশিল্লকখি মকোল তম্না।

ঈখৌলাংবা লৎথোকখি
মশা পৃম্বা লুম্বু লুম্বু শাবম্লে
ঙকখি কমদৌনা অচোৎপা ফিশিংনা কংলম্বা
কদায নীংঙাইদবী অহীংদুনা।

মচেৎ মচেৎ হোববা ফক্লাংদগী
ফাওজিল্লকপা কোবৌগী মশেক্তা
শবাক ফাক্লকখি থোঙ থোঙনাও অঙানবনা
মাযকৈ খৃদিং অশংবগী অশংবা
নিক্লি নিক্লি লেপ্লিবা লফৃ লাবাক্কী কুচুদা
আহা কযাদি কুইনা কাউথোক্লুববা।

শোম্থাংননা তাবক্লে মঙ হাগুম
কৌজেং হাবৌগী খোঞ্জেল্লক্তা
কাউথোক্লুববা নুংশিববা ঈশৈশিং
হিংনীংবব্ ঈনোৎ হাপ্পা ঙম্লবা
হৌজিক্তি পুন্সিচৃপ্পা তাবগনি
সিগুম্বা নুংশিবব ঈশৈসে
লাইবক যব মচানা
ঙসিদি তশেং তশেংলে বাখল অতিযা
কবিগী তেম্বনা খ ংপে ক থিজবান
খঙলে ঙসিদি পৃসিগা পাম্মা নৃমিৎনি।

## মপৃংফাবা

য়েংহন্নীংদবা মীৎযেং
শোকহন্নীংদবা খূৎশোক
ঙাঙহন্নীংদবা চীম্বাল ৱাহৈ
অহুমসিদং খাইদোকখ্রবদি
চৎলক্লবনি শাবমচৎ ভগী মীবমচৎ।

# মরাল

শীৎ নাঞ্জবা লম্বী ওইবম্বনি মতম অমদা
হৌজিক্তি অতোং-অকৃৎতনা লম্বী থৎলি মতৎ মতৎ
লম্বী চৎপশিংবু খুদোংচাহন্দ্রে খোঙচেপ লৌ হাইবকপদা।

উংজাননা চৎচববা অহিংবদু খুদি থীজিল্লি অতোংবদা
অশিবা ওন্দুনা তাবকই পৃথবী কোমদা
উনশা মতৎ মতৎ তক্লুনা ঈ চঙবা দাগশিং শাগোন্ননা
ঙম্নমক শঙনৈ কমদৌনা শিখিবনো
অদুবু ব্রাচুমদুদি মখনাউ মনুংদগী খক হেন্দোবক্তে।

খাকী ফিজোল শেৎপশিংনা
ফাইলদা রিপোর্ট লানখৎলি 'মাল্লি মাল্লি' সিতমক।

কোট অত্তৌবা লীৎপশিংনসু
মীবেনশঙগী রিপোর্ট পীখৎলি 'ওইবম্বা যাই ওইবম্বা যাই'।

অমুবু ফিজেৎনবা বিচাবপতীনা ব্রাবেপ তাই মতেক মতেক
'সত্যমেব জয়তে', 'কেস যৈথোক্লে কেস যৈথোক্লে'।

চজীক ওনখি শেলগী অকপ্পী অবোংবীদা
মতমবু থৈদোকখি শাংথ লেংথনা

অনৌবা থৌপুর্বাশংনা অরোইবা বারেপ তাই
শিবু শিরবদি লাল্লবনি
শিবিবদুমক মবাললনি।

# অমম্বগী চাওখৎপা

নুমিৎতি থোক্লি হৌজিকসু
অদুনা মঙাল অমত্তসু লাক্লি
অমম্বা অহীংসি শাংখ্রেদা।

মিশি মকনা মমীৎ পানবা
অমম্বগী লুচিংবনা লাউথোকই
হোবে
হোবে
লৈবাক অসি হোবে
লৈবাক অসি মেনগদবনি।

লাম্মী ঐখোযনা পান্নিবসি
হৌজিক হ্বাৎলিবসি মী শিবনি
শিগদবা লেববা মীচম প্রজানা
কবি নুংঙাইনা ফমুংদা তূমগদগে
অমর্ম্বসিনা মল্লিঙৈ
চিংথোক্লুনা হাত্তোক্লদবনি হাৎত্রিবশিংবু
অমম্বদা হাৎপদি মমি তাদবনি।

# মিনুংশিনা মায়থীরকপদা

ঈশ্বর নঙ ফদুনা লৈখোকপিরনু
অশাওবা মীৎযেং যেংবিযু
মীৎয়েংদুদা
ফত্তবা থিবিক নাম্থোক গুমদবা।

পাপ চেনবশিংনা পূণ্য তানবশিংবু
ফুল্লৌ লৌবিরে হৌন-লীচৎ চুমদনা
সেবানা শায়পোৎ ওল্লক্রুনা
মুনবা হাৎপা তূপ্লদা
অশি পোৎলুম নল্লে পৃথিবীসে
পূম্নমকসি নঙনা ফদোকপদা নৎত্রনে।

থেঙ্গুগুম মনম পোম্থোক্রুনা চৎলিবা
অমম্বা শান্নবা কাঙবু কাঙবু
লৈচাল নোংফাই ওন্দুনা
কোইপাই পাইবি ঐখোয়গী লৌবুক্তা
তুগুপ-তবেং মমীৎ পাঙজবা থবান
কবিগী খঞ্জিলহল্লিনা অমুবা নোংদুম
অদুগা নোংনা কবিগী তাখিদ্রবা
মসিনা নৎত্রনে তাবিবা ইমিশিং
অসুম অসুম তেনশিল্লক্লবসে।

# অনৌবা চহী

চাকা অনী পানবা গাড়ি অমা
শাবী শানৌ জ়্বা অমা
মখোঙ মবি পানবা গাড়ি অমা
খোইনৌ চবোং চবোং
মাঞ্জ কুক কুক।

মীথুংশঙশিংদা থাগোন্নবদুনা
খেকথবা মীনোক মোনদা অবোইবীদা
ঈনোং কাবি ঈবাং মপৈ মপৈ
মীতোপকী শাজৎতা খঙনদে মমৈ তৎপা
মশা মথন মথন্তা হান্তোকচবিবা
ও! ওন্থোকপনিদা নহাশিংসিনা তৌশাবিসে।

নোংথাঙগুম্না ঙানগদবা মমীৎ মৈবা মৃথৎতুনা
কৃমথ বৰা শূক তবা মম্না শুকুংদা
মশাদা অবাম্না পকহন্দুনা
লমচৎপৃ লৈখা থাংর্থাববা
লাযেং লূবা লাযনা নাববশিং
ওইদ্রেদো পোমীৎ খঙবা মৈতৈগী মচা মশূ
ঐখোযবু কপসিবা নোকসিবা?

থৌনা ফবা সন্ত্রী ওইনা ঙাকখিবা ফিবাল
যেংদুনা মীৎয়েং শান্না শান্না
লাউখিবা মখূৎ খূত্তুম তানা
ঐনা পামজবা পূম্নমক মসিদা লৈ।

কাউগনু কাউগনু হে নাৱা
নশা নশাগী নীংতম্বা শেন্নবা কাউথোক্কনু
তর্মশিল্লু মহাক্লুম নুংশি চযোম থোক্কুনা
অকনবা ব্রত তৌখিবা ফাদোকশঙদা
লৈ-লাংদুনা কৎখিবা ইমাগী পূজা।

ঐগী পাম্মূজববা অঙাং'
কবিগুম্বা নঙনা হংলনবদি চাম্মাল মচা কাঙদুনা
নবেংজুমদা পোপ পোপ থাদুনা
খূদোনবী থিন্দুনা তাক্কনি
ঐখোযগী ইথক্তা
ইমাগী ইন্নফিনা কূপ্লি হাযনা
মহাক্লুগী মথক্তা কূপখিবা।

চলু চৎপা ভাববসু
কবিগুম্বা মাযথীবা লম্বী
খোঙথাং কূপ্পা থাংদনা
ফাওদোক্লুনা চৎচখো
ঐখোযগী ইথৈ লৈখোং চীং-পাৎ তুবেল লৈবূক
লেংগোম্নবগ' চৎমিন্নগদবনি
লৌমীগী সনা লৈবক্তা।

ঐগী নুংশিথোইববা নৌজবিবা!
মনঙ্গনদা মোবাম্বী পোবিবা
লমহাওদা তেলঙ্গা পাইবিবা
পূক্লিং পাংশোই নাইগনু
নাইনু কিশি থাংগনু
খনবা মথৌ তাই থৌদাযেল্লবা
মহাক্তুগী থৌদা ঋাংহৌবিবা ইথৌদাং
মতম চূপ্পা ইমাগী ইন্নফি শেগাযদনবা।

# শক খঙদবা

হনুবী অমা ইশৌ লাংই

মশূনুপী ফংবগী

মমা ওইবী অমা কল্পী

মচানুপী পোকচবগী

মৌ অমা হিগাইরা থি

লোন্নবী নুপী লৈহন্নীংদবগী

মনম্মা অমা মতিং ফৃদোকই

লৈশাবী মচল শেম্নীংদবগী

নোংথক্তা তিল শীৎকৎচবনি

খঙদে মাযদা হন্না তাবক্কনি

থম্মোয অপূম্বা ভেখৎনৈ

খন্নে অযূক্কী লীক্লমনি

খন্থদে ওন্থবকপদা নবক যৌবা।

# থমহৌদ্রবা পংখৈ

শম্বল তেকথরে
হিঙ্গোল নীংতমহল্লে
নমথায়রদুনা কোম্বোং চোংশিল্লক্লে কৈথল শন।

নীতি কায়রে কাওখূল
ফৈদোম ফৈদোম শর্ব্বনাস
চানীংঙাই লৈতে শীংজংখোঙ ফৃৎ
খম্বল চাকচাদা মহাও থূম্না ত্রৎ।

নক্লুরগা চীন্বাল নুংঙাইবা ভাই বোন্ধু মরূপ
লাপথোকল্লগা পূক্তা থক্লম
চীন্বালথোংদা লাইনীং লাইশোল
হিংসানা নুংদা থম্না হাপ
ধর্মনা পানদা য়োম
ইমুং লময়ায় মোংবা চঙহন
খুনু মখোঙ শম্না লৌশিন
কাম্ভদনা লিন্দু ফৈজা কোন
থমদ্রবনা পংখৈ খাদ্রবনা শম্বল
গে গে মপাল তম্নবশিং
খুইথরক্লে তনখুই থোকখি মরী মরী
শিম্নদুনা অরি অনৌ।

## মহুৎ

য়েংজনীংদ্রে মীৎসে,
উপচনীংদুনা পংউপ উপ্লবা কোক্কী লূহুপ
ওক্লে তাজনীংদ্রে মপাউ
মমা কন্বী ঙৌচাঙম্বা মচাশিংদুগী।

কৈদৌনকনি
সনাখক্তমক মিহৌবা কিং মাইদাসমক্তা ওনখ্রবদা
খূৎ তিংথোক্লুনা তান্না তান্নদুনা
সনা ওনবা খূৎপাকশিংসে।

ঈ ওন্নবদা
হুৎতৎলবা থম্মোর্যশিং মফূৎ মফূৎ ঝবপকুম
খন্নদুনা হৌজিকসে মাযওন খূদিং
অপৌ অপৌবগী তাঞ্জানি।

মথেল খূদিং ওন্থোকপিবে থাকচিনবিদুনা
শিংগী মহুত্তা লুপা
যাইঙংগী মহুত্তা সনা
পুন্সিবু মথং মথং থবো থবো ওন্থখ্রিবা।

# কিশি

পোকপা শিবগী চক্রদা
লেংগোন্ননা উংলিবা
অন্না-নুংঙাই ফাইবোক ফমেনদা
তার্বন্নিবা ইমিবু মূনা যেংলগা
ইথস্তা হংই ৱাহং
চাউববা পাম্বোমদা থৌ কযা য়াওববা
ফন্নবা থবাক্তা মাযোক মৈফম হৌশ্রববা
লিংখৎলিবা ইগুকসিনা ইতিং লৈনা লেপচখ্রববা
লৈতেংলিবা ফিজেৎনা লেন্না-শক্তাকচখ্রববা
ইমি উবিবা ইমীৎসিনা লম্বী মশক উবব্রা
লম্বী অমথক খল্লব্রা
সনা লম্বী খনখ্রববা
কিশি চেৎনা কিদুনা
চযেৎনৰ্বিবা কল্লবগী লীপন
কবিগুরুদা খোকখ্রববনে ঐবু কিশি।

## সনরীক পরেং

পলেম খোযজীখাদা মিতন্নিবা মৰুশিং
ইমাগী ঈবীক সনবিক পবেং মৰুশা
নখোয় পোকখাযবক্লো
নখোয় পোকখাযবক্লো
খ্বাঙচেৎ মচিলাং শল্লাং খোমকৎ শীংনববো।

ঙসিগী খেনফম ফববা 'পালনাইদ্র সনা অযৃকসিদা
সনা ঈবীক খীকথববো সনা মৈবুল মৈফমদা
বাশি হাপ্পা লৈতেংশিং
সনা তম্ফা
সনা লীক্লু
সনবীক ওইনা
হি-যাই মণি-মুক্তাগীদমক মালেম লৈকোযসিদা।

অতিযাগী মচু তবেৎ নোংজাবীনা শীংনদুনা ঙাইবে
মখোয তুবিনি মচু লৃপ্লব' শক্লোনশিং যেক্লবা মৃখৎনবা
চীংসহাও থিদ্রবা মোংফমগী মবোল লোনবা লাওববা খযাৎনা
পথাপ থাদুনা লুববা কোম পাক্লবা কোব যাথৎলিবসে
সনা ব্লাবেপ তাথবো চৈবাক চৈথেং পীথবো
থৌনাফবী ইমাগী সনবীক পবেং মৰুশা
সনবীক পবেং মৰুশা।

# খুবামশিং অমসুং বোল

মীৎ তংখায় পাওবা
খ্বাইদগী চাউবা জীবদুগী
মমিনা ওনথ্রবা লাই হিংচাবা
মচীন চীলহাও থিগনথ্রবা
খুজিল চাওবা খুবাম অচৌ অচৌবশিং
যৈনৈ শুনৈ থিনতংনৈ লাক্লে
অঙক অঙকপা শাবোন লোন্দুনা।

শোক্কে তাম্নে বোল অমা
খুবাক্তা পায়বা চলহন্নবা
পীকশিলহন্দুনা পীক্তা পীক্রবা হঙ্গাম মকগুম।

মখোযনা লাউথোকই মখৌ পোঙনা
নঙদি বোলনি বোল
পায়দুনা শান্নগনি শান্নপোংনি
ফিবুল হাইবী শান্নগনি
খোঙনা কাও কাওদুনা
অওক অথোম
খুৎনা হুন হুন্দুনা
থবো কাঙক্রুম তানা
চেলহনগনি মফোল থোক্লা।

নঙ য়াগনু
শোকহন্নীংদবা মখোয়গী খুৎশোক
নঙ নত্তবনি বোল
নঙ মৈনি মৈ
মৈগী বোল অমোৎপবু চাকথেকপা ওম্বা।

নঙদি নূংনি নূং
নূংগী বোল
মখোয়বু শিংকূপ শানা থুগায় ওম্বা।

নঙদি লৈনি লৈ
লৈগী বোল
মখোযগী নাপ্পদা লৈতেং পকচবা
মতমদুদা
নঙ শোযদনা নঙগী পাঞ্জনচনফম।

## কোকফাবা নুপীমচা

শুবৌথাংবা লম্বী কন্না থৎলিবা
চাকখূমগী চাকপু ওইনবিবা হিংঙমদ্রবা থবায়
কোকফাবা নুপীমচা অসিগী
অশূকপা পিশুম অনীগী কাবক
মবাযবক্তা ইদুনা লৈবে
রাহৈ খবা
মযেক খবা।

মপৃক্লিং শেমশাবা তৌদ্রবা তম্নবাইশিংনা
ইঙ্খোল্সশিং শোক্লকই
যুমকৈশিং ঈল্পুবকই
শম্বল খাবকই চৈবাক্লা
শম্বলনা হরাইমতোন লাম্লকই
নিঙোল ওইবীশিংবু ওক্তবী লমহেনবী মালহল্লকই।

হিংববু হেন্না মশক থীজিলহল্লবা
ওমখৎখ্রিবা মৈশা মবর্কাসিদা
মবাযবক খূৎতুম শুবিদুনা
শান্তিবু কৃদা নমশিনবিবে
সংস্কাবগী শীংলোন লোনখৎতুনা
মৈবীং মৈজ্রাও মৈথাবিবে খাম্বী মৈনা মৈরায়বে

ঈশ্বুবিদুনা তাশিলহল্লে মহাক্কী থম্মোয় মৈচাক্লে।

থল্লাযন মৈশা ফংবা খূদিং
শীংনবা হেল্লকই পুন্সি পোম্বাদুনা
ঐপোযগী লাইবক্কী মবেম্মনা
চাইখাইবক্লিবা অমু অমুবা দাগশিং
মৈখীক্লা লামদুনা কাথেক্লবা
মশাক্কী অপীকপা খূবামনা
ঙাকথোকপা লাক্লে হন্না হন্না।

কযাদা কুইবক্লবা অসুম্না মহাক্লা
চাদুনা থক্তুনা লেল্লিবা চৈনাগী চেঙজেল
মীযাৎ তাদুনা ফাদোকশঙদা
লাইবল্লেনগী লন অমসুং চৈবাক তান্দুনা
খঙদে কবম্বা মীৎকূপতা মহাক হীপথখিনি
মমীৎকী পাদি পূমকং কংখ্রে
অদুবু
মীৎনহাদগী লৈবীক খবদি তত্তনা নীকথবি।

# কৈন্যাকুমারী

নুমিৎতুদা
নুংশিংকী মোল্লবা খুৎশানা শোক্লকপদা
পাঙ্গল্লবা সমুদ্রগা পেন্না বারী শাবা ফংখি
মাগী উরুম লাংজখি ঐবু শুমহৎপিখি।

ফেবিগী ফম্বাক্তগী
অমুবা নূংগী চীংদুমথক্তা
ইখোঙসিনা হেক থাবগা
মমানা মচা পমখৎপিবগুম
তবি তবি তমখৎলি
চীংথক্তগী মন্দিব মথানুং
আহ! খোঙথাং অসি কযাদা থুজিনখ্রবা।

অদুগৈ ভূমা শুদবা
নুংশি ঈখৌ লাংজখিবা
নঙগী রাশক
নঙগী মায়থীবা
নঙগী অশাওবা
নঙগী শীংনবা
ওইবা তাই রাবেপ্পবা শবীদুগী
জূবা জূবা নঙগী খোঙ্গূল তম্লক্লিবা।

ঙসিদি নগুণ খঙলক্লবা য়েৎ ওইবা জগৎনা
খূৎ শম্বিদুনা ওই-ওইখিবগী ফিজি ফিনা শেন্নদুনা
কাখৎলিবশিং সিড়িগী থাক পূক্লিং মকা লাম্না
লোৎতুনা লৈবা নুংশি মিহুল নথবাক্কী
নোয়খৎ চাউখৎলক্লিবা চৈ হকপা পাউখোংদুগী
মহাও হাজিল্লক্লে থম্মোয থম্মোযসিদা ঙসিগী।

২

পিগী নোংদুম পুবা লৈচীলনা শম্বল খাখ্রবদা
কদায শংবান্নবা মচুগী অতিযাদি
ঈথক্লা ঈরায কনখ্রবনা
জোপ জোপ যৈববদা লৌনম্বালদা
কদায লংজিনদি মীৎথৌবা অপৌবা
নূংপাক্তা পাকথনা খাঙহৌবা রাইখু কাজল্লী নত্তনা।

সুনামিগী খূৎনা শোক্লন্নবা
য়াচঙবগী নুমিৎসে লৈচীলদা পল্লেদো
চাইথোবকপা ঙমজদ্রে থরাযগী মবুংঙো
কদায সনা মচুগী নশেক নঙালদি
কৃক কৃক ফাজিনবিদুনা অমুবা নোংদুমনা
সনা ফিগে থোনবা ঙাঙ্গ্রান্নবা নহাক
যোৎশিনখ্রে লৈচীলগী তাংজ লিলশিংনা
খজিক খজিক্তগী লেঙ-ওৎচবা ঙমদনা
শুমথবিখ্রে সন্ধ্যাগী ফমুংদা।

# অহুমশুবা পি

অহানবা অমসুং অনীশুবা পিগী মমলদি
লেপথোকই অহিংবনা শক-খঙনদুনা
নুংঙাইবগী পি
অৱাবগী পি।

অহুমশুবা পিদুদি
মতম্মা কোন থুংদ্রবা
মমল লৈত্রবা ফিমলগুম
বিদায পীনদুনা চৎপা হৌখ্রবদা
অশেংবা থরায়না অবোইবা খোঙচৎ।

অঙৌংবদা ফি থোংনীংদ্রবা
খোঙনা চৎপা তোকখ্রবা
মীৎ অনী উবা লেপখ্রবা
নাকোং তাবা ঙমদ্রবা
হিংবগী অচাপোৎ চাদ্রবা
দেহেনা মকফক্লা য়ামফক তাখ্রবা
চীন্বাল চোৎপা ঈশিং লেক্রবা
পুন্সিগী অনেম অৱাং লৈত্রবা
মথন্নতা থনুং ঈচেলদগী পাথবকপা
অৱা-নুংঙাই দোষ- গুণ পক্রবা

মীৎলুগী লৈবায় নীংখায়বক্লবদা
নুংশিগ্রবা ঈচেলদুনি
অহুমশুবা অমসুং অবোইবা পি।

# পাউখোং

তাজিনদা বোম্না হৌগংপা
পুন্সিশিংনা অহং খূদম
মখোল পূম্বা অঙকপা
থবকশিং খাইদোক্লবা
ফল খূদিং শুনা
য়াবোইশিন পোক্লাউবী
মতমসিনা তপ্না তপ্না কোমাদা
মহৈ মহৈ তিনশিন্নবক্লি
অশংবা উনা প্রোপ প্রোপ লৈমংদা।

## লেঙ্গা অনী

যেলহৌঙৈদগী চান্নবম্বা মরূপ
ঐগী লাইবক্কী অঙকপা উবিনিনে নঙসু
ঐগা নঙগা লম্বা চাদ্রবনি
ঐহাক ইচীন তুমখৎলক্লিবা
মতমসিগী নিংথৌবেলনি
সনা তাঙবল ফম্লিবা।

তাল্লবনি ঐহাক
মনা-মথুম শক্তাক পত্রশিং
ফংলবনি লাইবকফবা খূদোল কযা নুমিৎচূপ্পা।

যেংঙু
ঐনা তাবিবসি থাগৎ-ব্রাহৈতনি
ফংলিবনা নুংঙাইখ্রবা অপেনবতা
পুন্সি হায়দো ’সি ঙায।

তৎনজসনু শাগৈ-নাতৈ ইবী-ইতা
মীৎমাঙদা লীক্লিগী পূখ্রিদা ঙা যোক্লি
গল্লাদা খূৎশেমগী লৈবাং শাৎকাযবি
কলাকাবশিংনা যেকথোক্লবা অনৌবা আর্টশিং
লেন্নদুনা ফক্লাংদা উমং থেৎলি

নানগ্রবা টেবলদা ধাতুনা শাবা উদা হকপা
লৈবাক্লা শাবা নুংদা হকপা লৈতেং পুম্নমক থেল্লিদো
খোনিগী পোৎকুম পুথোক্লিবা অকে-অমৌগী পোৎলম
কেমিকেলনা মহীক হাৎতোক্লবা ঈশিং
পম্মাগী লিরি শীৎপা খূৎশেমগী নুংশিৎ
ট্র্যাবকী ঙাল্লবা নুমিৎ হেনবা মঙাল
শক্তি খূদিংমক্কী পিবুকনুং
ইনীং তৌনা পাঙ্গরি
অদুনা কাউথোকচরে ঐগী হৌরকফম।

ওক্লে ওক্লে
ওকচরে মরূপ মখা তাথরনু
থীকনেম্মা শমজিনবিথ্রবা
তোল্লবা চাক্লিবা পিদৎপা অদোমগী ৱাৱী
নুংঙাইবা পেনবতমক শাজরিবা
উফূলগী নোংলক মৈখূগী নুংশিৎ
নঙগী শহরগী মীনিলগী য়াক্লবা
মৈশাতনা নউন পূম্বা য়াইথোর্কপিখ্রবা
ও! পাম্ফোংগী শোইনাই থীরবা
তাইফেৎনরবা নশক্লু উবতদা
স্বায়দুম লাউই লরাই শাৎলি
ঐদি তশেংনা কপথোক্লুরে।

মপুক্সিগী থৌদাং কাউথোকখ্রবা
থাগৎলাং তাৎকী চীরোল ৱাহৈ
হিংনা হিংনা শিরবা
থীক-থা পায়দুনা

নপাম্বোমনা মহৌশা খল ঙাকপা ঙমজদ্রবা
মীখা পোল্লবা বন্দীদো শুরুপ থীববা
নথম্মোয় লায়ুম খংপীক পীকশিল্লবা
মদুসু মফৃৎ মফৃৎ য়ুথববা
শক্তমদুনা তাকখ্রবনি নঙগী নুংগী থাক
শোয়না চেনফম থোক্লবনি অপীকপা পৃকচেল
লাযনা চেল্লবা মি-মি লাউবা নখোঞ্জেলনা
অদুননি অপীকপা তোম্বুবগী ব্রাতমক ঙাঙলিবা।

কায়নবসি মরূপ
ইথৌ চিঞ্জবা খোংনাং তক ঐনিদো
ইথাদা উতাংবী উবৈ পঞ্জবিবা
উচৈক ব্রায়ানা ইবেংজুমদা তোংহন
মহৌশা খল ঙাকচবনিদো
ইতাও-ও শহব ওংবা কাযনবসি বিদাই
বিদাই বিদাই বোনসাই।

## হেনগৎপা

সুম্মাইসুম হাৎতোকপিখি
হাৎতোকপিখি
হাৎতোকপিখি
মপৃবোইবশিং, মচাশিং

থম্মোয়গী অহাঙবা পাত্র পুদুনা
মংগারকপা তাংলৌ থেঙলে
মশম চোৎলবী চবা হেল্লবীদু
লোংহীপ্পবি মীৎ পাঙনা
পিরাংনা মোলাং থূম্না চোৎহল্লে।

নুংহীক্লনা থম্মোয় নৈহৎপিববী
মীৎ উইশিন্দে মশা পৃম্বা লেঙ ওৎপগী মতৌসু
চীংদুম অমা নাউপুবে
লাইবক্কী থোঙ লোনগ্লে।

লাইবক হাৎপিশ্রবা পুক্নিংগী
মখা চত্থবকপা শৈবেংদি
লুপ্রাবীগী অবোইবা খোঙথিন
পিনৌবীগী মীৎলু পাথোবকপা পিবাং
ওম্বোকপিয়ু অয়ূক্কী তবং তবংবা লীক্লা

নুমিৎকী অরংবা মঙালদা
অফেঙবা থাঙগী অথৌবা ময়া
পূক্লিংগী থাজবা মচু হাপ্লিদুনা
ওইহনবিগনু মপূরোইবা মচা কায়নবদা
খঙশোন শোম্বখ্রবী নুপী
মতম্না ঈম্বুরবী নুপী।

# ঐগী শক্লোন

নুপীমচা নংত্রগা ইবেম্মা
তাইবং মীবোল তাবকঙৈ ঐবু কৌবী
তুংদা থোনবিবা ইমিং ঈনখৎলকপা লৈশাবি
যৌবন পোমশাৎনবী অনীশুবা মিং।

পক্লিংহূবা ঋতুশুনা পূল্লবা লৈশাৎ
ঈশ্লবনা হাপচিনবিদুনা মপূং ফাবা শাবান শাহৈ
ঐহাক লুহোংই যম্লাক শাগে অনৌবদা
থিনবিবে অনীশুবা শঙ্গায়দা লমথুংফম অমদা
অসুম্না কৌবিদুনা মৈ অনৌবী নংত্রগা মামী।

ঐহাক ইপূবোইবগী অমত্তা ঙাযবা মকপর্তুনি
মহাক্কী পেঙ্গফম পোখাফম চায়থোইবীনি
ঈতিল্লদুনা হঙ্গৎ হন্দা ঈচেল অমগী পন্নুংদা
কিবিরে কাশ যূম্বান মবী কৌবনা
কাঙ্কুল হন্দুনা ঈশ্যাযাখ ইচা নাভিবেল কাখ
ম হৌনক্লে অতেম্বা ইমিং ইবুংগুম্মা ইবেম্মা মা
ইং গা ইনক অম্ভ ইনবিদুনা লাউয়োকখি ইচাবু
শকঙ দেবা পুক্স ফৈদোমদুদা ঐনা ঙাওঙাখ
শুনহৎখি ইচাগী খোঙুজী মখোলদা
ইমা ইমা মিংগৌবকপদা।

তুংদা ইমৌশিং ওঙলকখি ইযাশিং ফংখি
ঐ মবেমবোক ফমথোন থিন্দোকখি।

শেন্দ্রেংগুম্না ইশূশিং হেনগৎলকখি
খাইদোকখি ইচাদগী ইশূগী নুংশিবা
ঐহাকপু অবোক অবোক ওইনবকখি
মচেৎ মচেৎ মিংগৌশিং খোমজিন্দুনা
ফিগাও চোন্নবা ঐহাকসে
ঙসিদি অহল মতম ওইবক্লেদো
খ্বাইনা হনুবী হনুবী পন্নবক্লে
পুন্সিসে কযা'দা ঙক্লা নুংশিববা
নুপী ওইবী মপোক্তা পোক্লুবী ঐসে।

## কৈথেল কাবীগী শৈরেং

মনা-মশীং যোনবী অদো
যাতাবি যামফক তানা
লাযেংশঙগী ফমুংদা।

চৈনা ফাওদবা তূমখুলদুগী তুং
মীৎ ফাক্লি ফাক্লি
নোংঙাল্লক্লবশুম মীকপ থোকই নুমিদাংবাইরম্দা।

কোযশিল্লম্মী মীযাম চবুন অমনা
মখূৎতা চে কলম পাযবা
মমীৎ পানবা কেমেবশিংগা।

চীক চীক লাউবা চৈনাখোলনা লাকহল্লবীদু
তপা নাল্লকই মগী খুবোম যৌনা ককখ্রবা খোঙদুদা
ইপা পাখৎনা হংলকই ঐগী লকমাই শেঙ্গা ওদি
মবোয মপাং যেঙ্খাং-নাপী হঙ্গাম কোবীশিংদুদি ,
বিপোর্টবশিংনা খুম্মী
মসি বাজাবদা বোম পোকখাযবদগী।

থোইনা খর্নাখিদে খুবোম যৌনা ককখ্রবা খোঙদুগী
নাহে নাহে কপ্লকই,

ইচাশিং কনানা থাক্কনি
ঐগী লূকমায়দি, শেঙ্গাওদুনা কনানা
য়েঞ্ছাংনা মবোই-মপাং মনা-মশীংনা কদোমদা?

# অমুবা লৈতেং

পাঙবু দাগফম হক্কুনা
নীংবা কাযববা
লমদমসিগী নুপীশিংনা
অমনা অমগী মাযথোঙদা যেংনৈ
মৈগী কবচ কুন্দ।

পুম্নমক লৈতেংলম্মা মাযথোঙদা
থম্মোয চাকপা অমুনা চন্দনাঙনা
শেং ইন্দ্রদনা পিনা চেংলবা ফজনা
অদুগা ঙুক লোম্বু লেৎপদনা তুমিং তুমিং লোপু
লেংথোং মান্ননা চাক্লিবা
মোংফমগী মৈনাক্তা
মশাদা অশাবা মচেৎ ফাওদনা
অমুবগী লোন খঙনববাশিংনা
গুইবি ওম্বোকখুবা অবেম্না তাম্বীগী ফল
মশা মশাদা তৈশিঙ্গবা
মবমদি লমদমসিগী মমল
খ্বাইদগী অহেংবা লৈতেংদি অমুবনি।

## মরেপ

তাজনীংই নাপ্পদা
বাঁশীগী সুব পৃক্লিং শুমহৎ নুংওনবা
অদুবু অৱাবদি থুদেক্লগা হুন্দোকপসিনি।

তেক্লবদি কবম্না নুংশিবা খোঙ্জেল থোবক্কনি।

নোংঙাল্লকপদা
উংজাম্নববা নুমিৎনা মুকম মুকম শোল্লি
মমল লৈতবা খ্বাইদগী হোংঙবা লৈতেং
কবিগী নোক্তে মাযথোঙশিংদা অমুক্তসু।

হবাও-নুংঙাইবগী অৱাংবা মবেপ নোম্ভুদুনা
নুংৱাখলদা কবিগী চেল্লি অশোকপা ৱাখল
হং হং শোন্দুনা মশাগী মচীনবাল মখুৎনা মেঞ্জবিবা।

তশেংবনি মকা লাম্না নোকথোক্লুববদি অশি থোঙ হাংই।

তেংমায লেপ্লি মাশঙ্খা যাওদ্রবশিংনা
মীকোক পুম্নমক লুচিংবা ঙাক্লি
ওইদবনা মাঙজিন থাখ্রবা শাহৌফৎত্রবা পুান্স পাম্বীনি।

লন্নাই লেম্ফৃদা নেংথবিবশিংনা
নুংচাক্লনা খাওক্তৈ মশাগী অন্নাংবা মবেপ খঙনীংবনা
অদুবু ঈশিংদি চাইবিন্দে তপ্না তপ্না কাখৃলদা পংশিন্নক্লি।

# মমি

নোংথী নোংমংবা
ওমচাক্লরবা ঙসিগী নুমিদাংদা
য়াওল থীনা খা-ৱাং ওন্দুনা
তূম্বা য়াদ্রবা ফমুংদা ঐনা তায়
মায়া লাংদা থুদ্রিন্ডৈ খোঙমচাশিং হনত্রিক হনবা
নাৱাগী অহানবা খোঙথাংশিং।

পূক্লিং ঈথিল্লক্তা তনীকপা লীক্লাগুম
চহী লেঙ্গালক্তগী খ্বাইদগী লোন্দিন্নখিবা
খূৎ-য়ৈন-শুনা হৌজ থেঞ্চ্যাং কপ্লা থেমজখিবা
খাইবুং তারুরবসু লালু মচেৎ পীনবদা কাউনখিবা
লাঙগন খেগল্লবা ইমান্নবা চবুন চবুন
থক্লি অমৃত নুংশিরবা মরূপ-মপাং ওইবগী
লূরবা খূৎশেম পক্তিবা ঈরীকশিং।

আ! নীংশিংবা অসি কয়াদা থুমখ্রবা
চীংয়াদা শাৎপা চিগোংলৈ
পাৎয়ায় থনবা থম্বাললৈ
পূখ্রি মপান শিঙ্গারৈ শুমাঙ থেল্লোং থাবল্লে
ৱারক কুন্দো খূবাম খূবাম নীংতম্না পরেং লেংখিবা।
পূক্লিংনা হুমদুনা পুখিবা

চৎথ্রবা নুমিৎশিংদো কয়াদা মায় পাকথ্রবা।

তোমচীং চীংগী চীংয়াংদগী
শব শব শামু নাম্বুবী শান্নখিবা
তিঙ্খংতনা য়োন্নবা মুল্লবা হৈজামপেৎ
ফিগাউ থন্না হেকখিবা
কাব্রংচাক পাম্বী যোংনাউগুম্না কাখিবা
নূংচপ্পী কান কান্দুনা অমাং-কোইবৈ তান্নখিবা।

ঈশিংনা কোঙ্গোল পোকপগুম
খেগৎলকপা ঈনা শাদোংথ্রবদা
পাম্বোইবী চীংদুম কাদুনা শমশাংবী মবা থংখিবা
চেঙঈী ফৃৎতুনা ঈকখিবা
লেম্লেগুম ঈবোযদুনা তাউথখিবা
থৌবাল তুবেল থোংখোঙদগী হবাওফম হিদেন তাখিবা।

খূর্জি লাক্তবা শগোলমচাশিংগুম
খুনশাদগী খুনদোন লাল্লুবা
ইলোইপাংতা কূর্মখিবা লেস্ফু কাউথুম তানখিবা
রইংগী পাংতা হি তোংবা
অহনশিংনা মথবাক থৈনখিবা
নুমিৎতু ওইখির্বনি ঐখোয লাইগা মচা।

জুম জুম যাম্বুবা উপালগী উহৈ
ফিগাউ চোয়া হেক্লুবা হৈমুনশিং
হৈপুগী মীচৈ শাজৈ শাম্বদনবা
ককচেং শঙ্গু কায়বগুম মায়কৈ সলাই খঙদনা।

খোংবাল মবীল চোংখিবা
উপথূননা তুখিবা
লম্বেলদা ঙমথবকপা লৈপলদগী
য়েনধৌ মনাগী থাঙশাংনা পাম্বোম খেৎখিবা
খম্বহনখি হূবানবা ফত্তবা লীচৎনি।

মঙ্গলার্তিগী মতম ওইদ্রিবঁগে
শেম্বুং কাংশি শবীক খোঞ্জেল তাদ্রিবঁগে
ইযূম মাযকৈ হোৎতনা চেন
খোঙ-খূৎ হামতোক শেংদোক
খোংহামপুন ঈশিং লাকখৎলু
ব্রাইশীৎ-ব্রাইবম মবোয-মপাং হেকচিন
মৈ-পোং হৌগৎ সন্ধ্যা তিকি থাউমৈ কৎ
সনাকৈথেল কাখিবী মনা-মশীং যোনখিবী
ইপা পোকপী অবোক্কী
পোৎফম মৈনম-পোদোল থিল্লুখি।

অচাপোৎ লৈবগা হল্লকপদা
নুংশিবা ফংখিবা অপাম্বা থুংখিবা
অহীং কোকখুম্বী লৈত্রিবঁগে
মৈবাশিংনা লূকমায মতোন্দা ঙাল্লিবঁগে
অঙাং নাব্রা পুন্সিদো
আ! পূক্লিংবু অসুক পেত্থহনঙম্বা
পূক নৌথোকপা চৈনাখোল মবক্তা
অযৌবী থাক্তা তামহৌববা পাম্মূজখ্রবা
খূনগৎপা ঙমদ্রবা মূৎনাইদ্রবা মমি।

## চাহেকপী অমসুং অসাম

উরৈ চবোং নীংথিবী নুজাগী শমজিরৈ পকচবী
খুৎহৈবনা শক্তাকপা খুৎনাইবগী মেখলা চাদব শেং
নীংজোল তাম্বাদা থেক্ক-থেক নৌগ-নৌ চনুবাশিং
অঙৌবা ফিবানদা অঙাংবা মচু শিংখন ফি
বাশি হাপ্পা গোমোশা কোকশেংনবা পাখঙগী
নোমনোম নোমনোম জগোয শাই, ঈশৈ শকই
বিহু জগোয় বিহু ঈশৈ ফজ্জে ফজ্জে।

হম হম চাউবক্লি গুৱাহাটি উলুবাড়ি গনেশগুড়ি চান্দমাড়ি
উমং লাইবেস্মসু ইনাকখুল্লি পাঙ্গল কল্লি শাহৌ ফৈ
কাজিবঙ্গসু শীংথানৈ
জয় সাগর শিবসাগব লিচিবাড়ি নীংথিজ্জ
অথোকফুল পদুমফুল তঙাং তঙাং শাংকায়বি
ব্রহ্মপুত্র হিথাংফম হিনা কৃক কামখৎ
বস্তিদু দোলগোবিন্দ চ্রীক-চ্রীক
শায়োক লমসু তচাউ তচাউ
কল কাবখানা গৃ-গৃ।

খুদোনবী থিন্দুনা তাকই
বৰুৱা, কোলিতা, হজারিনা কাকোতিনা
ওইরম্বনি অসুৱাইনা ঐখোয় ইপূবোক্কী

য়ূমথংনবগী খুবা, মাম্মা ইপন দাদা দাঙ্গোবশিংগী
মীৎ ঈংই নীংতম্না শান্তিনৈ
বাগানশিং শকথেংনবদা চাগী
চীংদুম চীংদুম মালগাড়ি মপোৎ হাপকৎলি
চবৈ মঞ্জুনবী পোলাং শাগোন্নবী চাহেকপীশিং
হেকচমনতা ফংলবী য়ূম্নুনা মনাই ওল্লবীশিং
মোমোনবুদি নোকচৌই।

## মৈ চঙবা থব্রায়

মফমসি
কোলকতা শ্রীবাম আর্কেদ
মহূম কাযববা মৃকণ্ড্রুবী শঙ্গু পাইথোকপগুম
চগূংননা জাংকী মীয়াম্না ইনিল্লি।

ফুটপাঠতা তূন্নম্বা
লুকোকপী পান্দেবীদুনা
মচীনবানদা ব্রাহে মচেৎ অমত্রা পন্দনা
থম্মী মমীৎ জূবাদু
চবাম্লনা গর্ভদা থাধনীংবগী মতৌ
ইস' হায়বগা ঐহাক পাওথোকখি
তত্থায় চন্না থকখ্রবা মৌসুমী মহাদু
হৈনীংমকমুক চাউবা অঙাংদুনা
চিংখি পেন্না গৎ-গৎ
অদুগা থাংখি মাগী অনৌবা খোঙথাং।

মীৎকৃপসু কাংখিদে
শ্রীমতী অমগী ঝমকী থিল্লবা
সাড়ি পল্লু নীকখি—ঝাও ঝাও
অঙাংদুমক্কী ব্রাউথাংনবা খূৎতুনা
চাবা হৌগৎপতা ঙায়বিবা বসমলাইদু

তীন-চুম লাই-চুম্বা মতৌদুদা
পেৎথোক্লবা থম্মোয় পানবা খূৎতুনা
ওই! খংলপ্লা পীবিখি খরদং
খূত্রবা শুরুংগুম্বা খয়াৎতুদা
থোক লংশিনখি কূৎ য়োৎখি
থৌঝা শাবিদনা থোকখি।

ঝাংথ্রং ঝাংনা লেপ্তুনা
ফোং ফোং শানা কোফী থক্লিবা
ঙৌশোক ঙৌবা লম্লানবা অমখক্লা
খংপ্রেক খংনা লাউরকখি
হ্বাট
হ্বাট ইজ ইট
ঙাথু থেংথুরম্মী নাঝাদুনা
খূকউ অঝাংবদু কোন্দুনা
চীংজাওনা তম্পাক য়েংথবগুম
শংবান্নবা মীৎতুনা শংত্রিক যেংনৈ
থঝায ময়োনদুদা ফি থোংদ্রবা অঙাংদো
মতা অমগী মতৌদো
নুংশিৎনা নোংগা শাগোন্ননা হুম্লকপা
লম্বীদা লংথোবকপা লৈতুম অমখকপু
মফম চানা থম্বিরম্বগুম
অনৌবা কোফী কপ অমত্তং পীরম্লগা
খোঙকাপ অবাওবদু থাংদোকখি
মুরুম মুরুম শোল্লদুনা
সরপ্রাইজ
ভেরি সবপ্রাইজ।

# ধর্ম

খঙদে মনুংদদি কমদৌরম্নি
পানথোঙশিংসে মোংলে ঈ তৈবে
থম্ফমশিংসু কোকফাই কারক্লে।

কনানো
ধর্মবু যতন ভৌনা থৌনা ফনা
ইজৎ থম্না ইকায়খুম্নবিবা
মায়াদগী ওম্থোক্লবা চীঙ্গাকুম
অচুম্ববু হঙ্গোই ভূক্কৎচবা পোকহল্লিবা।

কিশিরোন
মবোল মবোল কিশিন্দুনা
চমজ চমজত্রবা থম্মোয় লায়ৃর্মশিংদা
চমম্লবা কৌবা মহুম মচা মচা হাইজিল্লিবা
তোংবানববু মঙ-হা চেপ্টহল্লিবা
অমম্বগী মরুম কোনশিল্লিবা।

## তুংদা শাম্নরিবা শাজৈ

ঐখোয়না লম্বী চৎপদা
ফম্বদা তূম্বদা চাবদা
শউম অমদি মফংলে
লূখমদা কৈনো হেক্তা তৌবক্কদবা মানবা
অদুনা চৎকদবা লম্বী চৎহন্দে
চপ লেপ্তুনা লৈহল্লি।

শাউবিং শাউবিং লাউবসিনা
লুতোন অশাবা কাহল্লি
মসিনা লৌশিং মাঙহল্লকই
পাঙ্গল হন্থহল্লি
হক পূম্বা লাঙ্গোয চনবিদুনা
নীংতম্বা মাঙহল্লি ঐখোয়গী।

চুবক্লিবা নোং ছাতিননা ঙাকথোকই
নিংথম অঙ্গীংবা কোটনা কম্থোকই
কদায় ঐখোয়গী উপায চৈশুদি
চিংনবা নুংঙাইতবা অসি মাযোক্লবগে
অদুনা ওনশিল্লগে খল্লুবসু তুং
ঙক ফাওবা লৈথোকপা য়ারমদ্রে।

# ঈচেল্পনা কপ্প্রি

লেপ্তুনা য়েংই
মরোল নাইরবা চীংয়াংদা লেপ্তুনা
তুরেলগী মরু খোঙ্গূল লীনীংবশিং
মীৎনসু উদে লৈতে হায়বসু হায়ঙমদে।

পেনগন্দবা তাইবংমীগী নিংঙাইদা
পোকখায়জবকপদা ঙায়রিবা মক্ন কয়া
অসুম নাম্বুরকখি অরাংবা চীংথক্তগী
জর জর লৈচ্রেংশিংগা শাগোম্লনা
মিনুংশিগী চাং হম্বুরবা চীংমায় শীৎতুনা।

লাইজ ঈশিং থিবা চৎখিবা পূম্নমক
মশাগী খূৎনা মথবাক্তা নম্বদা
মশাগী মীহল হুল্লমদে
অশিবা ওইনা তাশিল্লক্লি
শিরবা তুরেলগী ঈরৈদা তাউথদুনা
লাওববা সমুদ্রগী খয়াৎনা য়োৎখি
তুবেলনা কনাবুসু ঈম্থোক্তে
কপ্ল কপ্লদুনা পূম্নমক মতম্বাক্তা পমথৎপি।

## শান্তিগী চাংয়েং

হাকুমদনি ভোট মাওদা
মকেগীদমক পাকা তৈশিল্লম্বা লম্বী
মায়দা পাওদর থাখিবগুম
লাইরক মরি ফাংবদা
মীনা চরোং য়াল্লবা
গাড়িশিং য়াঙনা য়াঙনা থৈনৈ
চাইথোকহৌই উফূলশিং ব্রং ব্রং
ফনা থানা ইমম মমহৌই।

নালাদা পৈথরবা মৈরাশঙদু
য়োমশিল্লি তিঙ্খং মনাশিংনা
উফূল ইথা থাজিন্না মপং মপং
মতম চূপ্পগী পক্কুনা লৈ।

তৌশিন্নবা মানবা শকওইশিংনা
মোবাইল ফোন নাকোংদা থমদুনা
ৱারী হৌনা হৌনা শাদুনা চৎলি
মালজাউ হোনবা গাড়িশিংগী
অচৌবা অরুম্বা চাকানা চগুংননা
হোর্ন য়াক্রা খোংদুনা লানখিবদি
ঐগী য়ূম্মুসু নীকথবিরম্মী

নিল খোংবা মশীং য়াম্বা দেসিবেলদুনা
নাকোং অসি চীকখায়বিরম্মী।

মিহুৎখোঙদা তত্তনা উরকই
বাজারগী হোটেলগী দুকানশিংগী
অপুম-অশা নমথী হঙাই য়েন্দুশিং
তিলহৌ মকৃ খৈনি তলব জর্দা কৌতাশিং
চাউখ্রবা পোলিথিন বেগ বেগ
সেকেন্দ কাংদনা লংশিনবিরম্মী
মরায়বক থীর' খোংবালদা
শম্বলশিংদা পন্দুনা লৈ।

লোক শিথ-শিথ কংখু খুবা
লোকলাই তিল্লাই নপ তিন শীৎথবম্মী
মপান থোকচিল্লম্মী পানা মহী ওশিল্লম্মী
কবিগুম্বদনা ফুন-চৈনবা
তোয়মনখ্রবা গাড়ি থেংগাইনবা
মসিনা মতমসি মশূপ মশূপ নৈশিন্দুনা
লৈমাযদা তারবা ফিমনগুম উহল্লি।

মীৎকী শান্তি লৈতবসিনা
ঐবু আশা মাঙহনবা মীশক ফনা ওলহন্দুনসু
ঐগী হকচাংদা য়াওবা থব্রায়
তিং শোকপমখৈ ফকচিল্লক্লবসু
থক্তা নঙ্খরিবা নুংনাং পোৎলূম্না
ঙক তেকপমখৈ লূমথরক্লবসু
ঐদি মঙ চাউজবা মীশক্লি

নুংদা শাজবা ঐগী দুরবিন থান্দুনা
মহৌশা ফজবীগী রাশি লৈবা মায়থোঙ
নুংতিগী ঐদি উজরি
ইশাগী নুংখোনবা ৱাহন্দোক্তনা
মতমসিদা নুমিৎ চুপ্পা ৱারী শাজদুনা
ঐনা শানবা হোৎনরি
ইথৌনা ইরিংজেল খোমজিন্দুনা
য়ূমসিগী নুংদা অতোপ্পা য়ূম অমা
ঐনা থম্মী মতম চুপ্পগী
ঐগী নুংদা অরোৎপা ঐ অমা
মসিতনা পেঙ্খোকহল্লি পুন্সিসে
য়াম্না পূক্লিং ৱাখল য়াংথোকচনা
মসিদা ফংজৈ ঐনা ঐতগী ফজবা
য়াম্না তশেংনা থুনা অমসুং
ঈংথদুনা মতমগী মমল্লক্তা।

## লাংদাই

দোং দোং দোং
অহীং নোংয়াই চবৃক্তা
বিদায়গী পুংলোন য়ৈখ্রে — তবানিথোইরক।

ঙকশম ফাওবদগী কোক্তোন থৃম্না
তপ্না তপ্না লৃপথখি
হৌখিবা কৌবা গর্ভর্ননুংদা
চহী চহী
অরিবা চহী।

হঙ্গৎনা য়েংখিবদা
তামহৌবে হাযবগে
শাগীরবা অকিবা
মাঙজখ্রবা খোঙচৎ কয়া যাত্রা কাযখ্রবা
মখোল কয়া নাকোং শীংজা য়ৈখিবা
মপুম, তখ্বায়, মশূং, মচেৎ
মৈবী মৈশা পোৎহাপশিং
পোকখায়বগী
কাপখায়বগী
চৈখায়বগী
নৈখায়বগী

হাৎতোকপগী
আ! তাইবংপানসে কয়াদা মশক থীহল্লবা।

উজনীংদ্রে হঞ্জিনবা
ফিঙৌ শেৎপী পিবোযনবীগী অমুবা চন্দন
ঈ খেংলবশিংগী
তেক্লবা তোংশাগী সংস্কাব মৈখৃ
লুম্ফৃগী মচিং
হুন্নবী হুন্নবী, চৈনবগী মচেক্লা যৈনবী
লাকপ-ফোইবগী পকচদ্রবা
নবক্কা শম্নবা লম্বীশিং
ইফিং ফিংগৎনা কল্লক মিহৌগনবা।

ইহাও হাঙলবা থম্মোয চফৃশিং
থঞ্জসনু নোংদোল লাইজতনা
নুংশিৎনা মেঙনা লিবি হুম্লকপা
ব্রাজসনু মনীংতম্না ঈথক মচা মচাশিং
খোইমোম শিংনাং ইনা-শিং
যোনধৌ মপানগী জগোয
ঙক নোম্থু নোম্থু নোম্না শাজসনু।

চোকথববা পুক্সি মহীংশিং
মমি তাবোই তাদবোই
মযেক শেংবোই শেংদবোই
মচী মচী যেক্লিবা চিত্রকাবগী অথীবা লাই
হাপখ্রো থূপচিন্দুনা পেন্দোবাগী উপুদা।

লিজরবসু পৃথিবীসে
য়াচঙবদসু নোংঙাল্লমদাইদসু
ইনৌতা নৌজবনি মহৌশা
ঙরাংদগী হেন্দোরক্কবা
অনৌবা চহীগী অয়ূক
অনৌবা চহীনা লাকপদা
লোনথ্রসনু মতম চূপ্পগী
লান্না হাংলুবা থোঙ
নখোয় ঙম্লমক লৈরোল চনথ্রো
রায়েল নুংচপ্পী মখাদা
অরিবা চহীবুদি অনৌবা চহীনা
হেন্না য়াইফে চীনবান খূদিংদা থোবকচবা।

# থাংথদ্রিবা পোৎলূম

কুইববা মল্লবা মালেমগী
লেকথবক্লিবা লৈশাশিং উবদা
মমাবু শকখঙবী মচা লৈমনা
ঙসিসু পুল্লি লুতুং শম্বুল
সেবাগী নাউহোং শাগৎলি।

অফবা মঙ তল্লগা হুনখিবা মরু
হৈমুন ফাগৎপা হৈবাং-হৌব চনীংদা হাপ্তুনা
ব্রাশকই পজেং ফীবাল থেৎনবগী
হৈকোলসিগীদমক
লৈকোলসিগীদমক।

অথেঙবা অহীংদা খূৎতা মৈবা পাযদুনা
লেপ্তুবা খোঙকাপ খোঙথাংদা
তোংশাশিং চীকপা অচাকপা মৈনেৎনদুনা
লৈকংলাগী মযায চবৃক্তা ইখৌলাংনা
মাযওনদু মীৎযেংদু অওনবা অদোমদা থল্লি ঙসিসু।

মশাবু ফাজিন পুনশিল্লম্বা চবৈ ফি
ফ্রুং কম্প্লোকখি খ্বাঙলাক লাকখি
থম্মোযগী থোঙজাউ শবাক ফাক্লুনা

চৎলি লৈফোলগুম নেৎ-নেত্তুনা
চাইখাইরক্লিবা মীক্লি মচেৎকী লম্বীদা।
থোনগৎলে পোৎলূম
লূম্না উংলিবা বোল অমা
কোকথক্তা লূকমায়থক্তা
মীকথ্রবা ফৈজামচা অমত্তং শাদুনা
লমজেল চেল্লি চেগাই নূংগায়রক্কী
চোকথরবসু কাখৎলি থাক থাক
তমখৎলক্লি মালেম কৈথেলদা
থৌয়া থৌপাং থৌঙম্নবা
ফনা উদুনসু মীৎমাঙদা
মতম্না ঈচ্ছুবিবা তেক-কায় ননশিন্নববা
মথোল নীংখায়বক্লবা কিলা কয়া
লম্বী তুবৎ থৎতুনা
উফূলদৌনা তিনথ্রগদবা মালেম লৈশাদা
শাজোল শেন্নি অনৌবা শাগৎনবা
লম্বী অমা অদুগুম্বা
মোংফমদগী নাউশুম ওম্ববক্কদবা।

লোংথোংদুনা পোদুনা পমদুনা
তবুম তবুম আশানুংদা পোন্নিবা
খূৎতুম তাশিন্দুনা মীংননা
নুংদা খূৎপায় চেৎনা পায়দুনা
থম্মোয়গী অরাওবা খোঙকাপ্তা
মীত্তা থিজরি অশংবা নোংজাবী
মচু মচুগী কুবাকশিংনা পাইরকপা
চাংখৈগী মশেক্তা পুমবুম পুমবুম্নবা

চবোং চবোংশিংগীদমক।

শাংগ্র শাংগ্রবা মৈবী মচুগী
লম্বা লম্বাশিংগী খূৎ জূবা জূবা
খঙজদ্রবা অশিবগী কূ থাংলিবনি
লাউনৈ চীনগা চীনগা
মুন্নে ফমুংনি খন্না হীপথনবগী
হৌজিক মবক লেপ্লি মতীং উইবীতনা
খাল্লি থোংলবা পাম্বোম তিংথোক্তুনা
মশাগী ইন্নফি নাখন শানা
অশিবনা যোম্ভোবক্লবা কূবু খুমজিল্লে
কোকথক্কী পোংলূমদু থাংথদে
যেংজৈ চেপথ-চেপথ লৈবাক্কী মচু ওল্লকপা।

## লৈকং থম্বাল

নৌনা শকখঙবা লম্বীদো
খোঙদোয হুল্লি হাথু হাথু
উবেনে পাৎযা থম্বালসে
ঙাথি চাকথি ভোকখ্রেনে
কাথেক মাযহীং কোকখ্রেনে
কুচু শেংনদ্রা সনামানবীমুক।

ঈ খেংলবী মতমগী বানীসে
তেংমায় লেপ্লে লমযৌনা
মপাক মপাক হাইবাব নাইন
শীনবা থুংলে লৈবাং ওইবী কায়াৎ
পকচখ্রেদা মচু মচু মীৎথকপা লৈতেং
মশাগী শুমহৎ শাবানদা
পাম্ষোংবী মীনোক্তুগা খৃৎশেমগা
লৈজবম্বনা মাঙহনখ্রে
লৈবমদবনা লৈহল্লে
য়েকমগা পাঙ্খক ওইববীসে
খঙখিদ্রে থেংজিন্দুনা কায়গনি
মশা নাল্লবা নৃংজাওশিংদা।

ঙাইহাক্তং ঙাম্ষোকপা নোংথাঙগুম্বা কুচুদা

অওনবা পূম্নমক্না মশাবু য়োমশিঞ্জখ্রে
শমজীদা নমথাক কিশি কিখবে
থম্মোয়দা মকোল চাউনা শাবক্তুনা
মপোকসিমগী লৈতেংবিবকপা ঈশ্বরনা
পূম্নমক লৈখা তাহন্দুনা
মীগী মচা লাংদোন লাম্বীদি
মমায খজিকফাও ঙাংবিখিদ্রে
লৃ থুম্বগী লৃদা চঙশিনখ্রে
হৌদোং লম্বোইবা সঙ্গ তৌকনবা
বদনাম পোৎযোম যোমখৎখ্রে
লেমজবা মাযথোঙগী মচু মাঙখিবদা
দশাগী মনম চেল্লবনে।

## শজিবুগী মমৌ

লমতা থাগী ইন্নফি লেংগোন্দুনা
পুদুনা লাক্লে শজিবুগী মমৌ
তৌবিমল খঙবী নুংশিবৈ
যাবলপাৎকী কোম্বিবৈ
হিগোকমচুগী ইন্নফি কোকখুমদুনা
ইকাযখীবী মাযথোঙ তনৌবীসে
থোঙ্গাল খৃদিং থুংলবে
সনামহী পুবেল খুকল্লবে
চৈবাও চাকথা যাওববে।

লিববা উপালগী সেগাদা
হাজিল্লবা শঙলেন উনাবক্লো
নুংশিথোইবী মতাবোয চবোং চবোং
পাম্মেল ফৈবাদগী হেনথোইদবী
খোঙ্গুম্মৈল্লে ক্লাকলৈ শর্মজিবৈ
লৈশং খেবায যেকমলৈ
থিন্দোবক্লে কপ্পা কপ্পা
কুচু হেনবী য়াইপল্লে চীংগ্লাও মপাল খিবিকসু।

ইবাই ইনিল কনখ্রবা
য়েংথী চাউবা সমাজগী

কোম্হোংচৈ শৎচবা ঙমখিদ্রবী
নুংশি পোৎলুম পুশ্রবী
নাথৈবিশ্রবা লৈশা পাখঙগী
ৱাকৈ লৈরাং শকনৌবী
ঈহৌরক্লে অকাউ পুন্সি ৱারীসু
বোরাজাউবা মাইনু পেমচা অনীগী।

চৎনবীনা শগল চিংথোকখ্রবী
শিয়োমনুং তাইবং ফাওখিদ্রবা নাৱাগা
পুন্সিবু থোৎনা কোঞ্জদুনা
থৌরী কোঙ্গোয় হূকখিবা
নীংখায়খ্রবা মিহুলগী
লাইবক্কী ৱারীসু য়াওল্লক্লে।

নুংহীক্লরবী কোম্বিরৈ মৌনৌবী
কোয়শিন্দুনা তরাম্না ওকচরে
তৌবিমল খঙবী মচে'বেম্মা মনাওশিং
লাংথৈ্রে, কুশুমলৈ লৈরি-নত্রাম তবাবীশিংনা
নাচোম মপৃং ফাখ্রে
ঙসিদি মোমোন মিনোক নোকচরে
কুমদম নোংফেন ফেল্লক্লে
লৈচীলসু মচুম নীকথরক্লে
উপাল ৱাপাল জগোয় শাগৎলক্লে
হরাও-মথোই কাদুনা শজিবুগী শুমাঙদা
চৌহে মপাল কেল্লক্লে কৌবিল্যা মপাল খীকথরক্লে।

## নঙগী শমিন

নোং নঙনা চুথরকপদা
লৈই অমনা শমজ্জিনবিরে
অবাংবা অতিয়া অনেম্বা মালেম।

নোং নঙনা ইরুজথোকপিবদা
মালেমসে নুরা চক্কা শেংদোক্লে
অশং-অমান হিঙ্গোল-য়েঙ্খাং নাপীনা
মপাম্বোম থাংগত্তুনা হৌ-হৌ হৌগৎলক্লে।

হে অতিয়াগী নোংফেন
নঙদি মহৌশাগী তুরিনি
নঙনা য়েক্লি লাইয়েকশিং
পৃথিবীগী পাক্লবা কেনভাসতা
নোংথাঙগী মীৎয়েং নোংখোঙগী পৃংথিলদা
মালেম লৈমনা ওকচরি
নঙগী ঈরীক খৌশানা
ইনোৎনা মবৃক থল্লবা তুরেল
খোঙবান লৃকপাননা ঈমায় হেনগৎপদা
প্রমাণ নত্তে অশেংবনি
ঐনা ফংই নঙগী শমিন নঙ লৈবগী।

## ব্লাকচিং ও ব্লাকচিং

নাকেল্থানা নাউপুবদুনা
মথং মথং খোঙদোইবক্লে
কুমজা মাগী মচা তবানিথোই
শজিবু মিংগৌবদগী লমতা মিংথোনবা।

লৌবোক পাম্বাগী শাইনোন খোমগৎত্রবদা
তাইবংসে মথোই কাহনবা
পোইনু লৌবোক্কা তাইনবা
অমদি যাওই হাযনবা
চাযাম পোকপগী হৌনবা
মঙাও থীত্রবা মচল অমা তৌওম্বী
হন্না-হন্না থক থক হীক্লা খাঙহনবা
মথোং হূক্রুবী ব্লাকচিং মিংগৌনবী।

লৈবাং গুলাপ নাপ্নদা থেৎ
উনহীগী ইন্নফি পাত্রবী ইন
ত্রৎ চিংশিনবা লীক্লা তম্ফা চাইথ চাইথদুনা
লেঙথোবক্লি মোঙ-হাদনা
ধন সেহনাই বজাই বেংগুনলক্তা
থাংলি খোঙথাং তপ্পা তপ্পা য়াম্না তপ্পা
গ্যাও গ্যাও অকেনবা উনাবক্তা।

থম্মোয়দা তেনদম্বা মীবি চিংদুনা
নোকশিল্লি উনা কেনশ্রবা উপাললশিংদা
তনীক তনীক নীকথবম্বদা ঋতুগী নোংলীক
লৌবূক্কী হঙ্গামপান ইকায়দবী
ফিজি ফিনা তাশিল্লি
চেনখিনবা হোংনবি লৌবূক্কী চকখোক
মমীৎ মনা ক্রোক ক্রোক
পিশুম শূক্লা লৈ শীনথুংনা য়েংলকপদা
য়েন্নৌ ময়োলশিং লোংচবি চাখোকনুংদা।

ধপ কনশ্রবী ব্রাকচিং লৈমনা
শাউশিন্নদুনা হৌদোকই
ভূমদুনা লৈজবা মৌপ্পা অমা
মমীৎ নোইব-নোইবদুনা
হৌগৎলি ফাইবেন থা
থীক থীক নোক্লুনা ব্রাকচিংনা পেঙ্গুনা
লীক্লা তম্ফা চাইশিল্লি খূবাম খূবাম।

অশাওবগী মহুত্তা মৌপ্পানা
মহৌশা মথোয় কাবক্লে খোইনিংশিংগা
হৈখা মপান চুস্ন্রে মপান শিয়োমনুংদগী
তুফাং খপ্লকপা তাম্বাদা
অয়ূক্কী উচেক মচা মচা
মতু ইপোন পোন চেক-চাক খোংগৎলে
অশীকপা মশা খীংদোক্লুনা
তেংবানবগী হৈকোল লৈকোল য়েংলক্লে
যুগ কয়াদগী চল্লকপা ব্রাকচিংগী পাউখোং

নৌহৌনরবা ফাইরেলনা পাউখুম পীরি
নহাদা ওইবী মহৌশা মাগী
মনীং পেন্না তমজবা।

## ইপাল থাবদা

গুরুনা য়াথং থাবক্তুনা
মব্ধ হল্লে ইমাগী পুন্য গর্জনুং
থাবুম তরা নাউপুবিবে
অঙ্গীং-অশা চাং নাইনা
থবায়না লৈরুই ঈংনা পোখাদুনা।

লৃমথবা নাউয়োমদা থূপ্লম্বা
অয়েক অথিন পীদুনা পলেমবু
নুংগী খোঙলোন মাপন হাংহন্নবা মৃক্রবদা
অয়ো চৈনা চৈথেংনহল্লে।

গুরুনদি তাকপিখি
ঙমজবা মমল তিংথোক্তুনা
খোঙশানজপ্রে পাম্বে থিদুনা খোঙবা হাংনবা
অদুবু কদায় নাব্রা ওইবদি শদিংনি
করিসু পক্তেনা লৈতেং ফি মতৎসু
অদুবু পীথোকপদা মতাখি
গুরুনা খূদুপ তানা পায়হল্লকপা
পুঙ্গি চহী চাম্মনিপাল।

হংঙা হংঙা খোল্লাউনদুনা

খোঙদোয়রকথি তাইবংদা নাবানা
খোইথুম্নরমগনি খনবা মালেমদা
নৌনা পৃংমম মন্বা অরুবদগী
ইঙান হানবা অথেনবা তাইবংদা
পল্লেপফম অমগীদমক য়াথং পোদুনা।

কাউথোক্লে গুরুনা নাকোংদা লোন্না তাক্লকপা
কিশি অমা পবৈ হনবা ঙল্লবদি
মায়পাকপা কৌবনি মায়পাক্লা হল্লক্কদবনি
পুন্সি কৌববু মনম নুংশিবা চেল্লক্কনি
নিংথা নাউয়োম ফিগোন্নবা
নঙথরকপা খোল্লাং খৌবোম থন্না থকচবে।

তকক্লি য়ুপাল থাবদা মাইবীনা
কোরৌহনবদা নোঞ্জদুনা
থোঙলান পোস্থা পুন্না মশীং
খোমজিন তাশিন য়াংকোকথক্তা
ঙারী চরোং অচূম্বা
ফৌ মেরুক অথনবা
মৈতৈ ঙামু অচঙবা
হৈবীমনা য়েন্দেম শিংজু
মৈতৈ থুম্পাক দক্ষীনা
মিকোল থাগোন কৌশিনবিরে
চখোম চখোম ইনবিদুনা
চাক মম মম মম
য়েঞ্জাং মম মম মম।

ওঙ্খোকপনি

তাইবংনা থকচিনখ্রে ঐবু খৌবোম থন্না
শাফি লানফি অকৃৎ অতোং অঙ্গং-অশা
তথোৎ তমেং লায়র'-ইনাক্‌খুন নিলখোংলক্তা
মপূনা লিংবিরম্লিবশিং
ইমীৎতা শঙ-শঙ উরক্লবদা
কর্ম ক্ষেত্রসিগী য়াম্না মরু ওইবা
অদুনা ইল্লি নমু তাইবংশিংনা পুন্সিগী তুং
মাঙদা লৈরিবা শাইদাংলিবা য়ূম
মফাং মফাং য়েৎনরিবা লম্বী
থাংগদবা খোঙনা করম্বদা
আ! নোংমৈ নুংশিৎ অসিদি কল্লিদা।

# অনীশুবা য়োৎশবী মখোঙ

য়োৎশবী মখোঙ অহুমনি
অহানবা মখোঙ তুথখরে
অনীশুবা মখোঙসু চৎখরে।

ব্রাহ্মেগী লৈতেংলোন্না শীংথাঙমদ্রবা
নঙগী হনত্রে হুনফম মণিপু
লোইজিং লোয়া চীংয়া তময়া
চীং-পাৎ তুরেল ঈথৈ-লৌখোং
লৈবু লৈতেদকো নখোঙগুন তারমদবা।

চীং লম্বেলদি ইশূক শূকপা কিবিখিদে
জঙ্গলগী খোঞ্জেলদি ইচিং চিংনৈ চিংনবিদে
ইকুৎ কুৎপা তম্পাক্তগী
ইতোং তোঙবা চীংজাও ফাওবা
তউপ্পা উনা লোংহনবা
অরোংবা উনা উপশিন্দুনা
মনুং হঞ্জীন হঞ্জীন থিখিবা
কোৎথোক্তুনা পুথোক্লম্বা লমদমসিগী অশেংবা শক্তম।

লৈতবা কৌবদুনা লৈবিখ্রবা পাঙ্গলশিং
ইক্রিসাটকী কুলী নুপীগী

যাওলেনদা চেম্ববকপা হুমাং মবীক
খূদোনবী লূপ্তুনা মহাও তংখিবা
মহাক্তনা লেপপিখি হুমাংগী মমল।

কবিগুম্ববদনা

সমাজদা ইকৌ কৌনা হিংলিবা পুক্লিশিং
মমা ওইবীশিংগী নঙ্গনগী নাউহোংদগী
ইচোন চোন্না নাম্ববকপা
তবোপ তবোপ্লা খোও মচা মচাশিংগী
খূদোল তন্নম্বা 'নুজা ফিদম'
লাইবিক কাংখ্রু স্লেট যেল্লম্মী।

পম্খৌ কমল পলেম শঙ্গায়না

পানদদি শাফোওলবসু মবিসুবা নিঙোল ওইনা
নুংদদি চেনখিবনি ঈচেল পিবাগুম
অদুনা নিঙোলনা নিঙোলবু চাক্কৌনখি
কোমলাথাবীদা অদুঙৈ বোএল থোমাগী শঙ্গাযদা
চীংমী তম্মী নুংশি চাক্কৌবা।

মহাক্লা খন্দোক্লম্মী

পৃথিবীদা খ্বাইদগী ফজবী নুপীদি
পুক্লিবু নম্বো চাউনা পোদুনা
তেক্লবা অফৈবা ব্রা অনীতগী থোং লান্দুনা
গম গম থাংবা অবাওবা খোওকাপতা
তন্নক্লিবা খুঙ্গংগী লৌবূকশিং
কুচু য়াক্লবা কোবৌহনবগা শীংনবিবীশিং
তূমিৎ কাওগা লাম্ছেংনবদা

নাপ্পদা ময়াংতোন মপাল চিল্লিবী
লৈনাংদা লৈওন্দুনা লৌরাং শূবীশিং
থাজ মায়থোঙ লৈখোম লৈনাং তৈরবী
মঞ্জুনবা ফনেক কৌরপ তাখৎ
থম্বৌ হেরা ঙমজবী খুবোম
ফিমতেক কোকয়েৎ কোকশেৎনবী
নীনীগী চেঙজেল তাল্লিবীশিংনি
পিদোল্লবী লাংলেন থাদোই থবাতনা শাক্কীনি।

খঙই ঙসিদি নহাক চৎখ্রে
ইমা খুল্লাকপী নুংশিবীগী
ইবেন মায়ো নুংশিবীগী নাক্তা
অদুবু থনপ্লে মহাক্তনা ময়েক শেংনা
নুংশিবগী অয়ৌবী থাক্তা
ইমা খুল্লাকপীগী নোংগাংহৈদো
ইবেন মাযোগী কংলবা লৈ-পরেংদো
মতম চূপ্পগী ঐখোয়গী ফিগাওদা।

# চিংঙাই চিংঙাই

সি ভি লিঙ্ক কেল্টব হেক থাবগা
অৱাং কসোম খুলদা
তাংখুল নুপা নুপী গাড়ি মপোৎতুমা মখুল তম্না
কিলোমিটব তবানিথোাই শমজিল্লবা লম্বীদুদা
চেনচৎ চৎলি নম্বোশিংগা শগোল খূকপ থাদুনা
যাঙনা চেল্লিবা কোবৌহনবা লোৎখ্রনি চিংননা।

ফৌমান যাল্লি মুসলিম অনী মীতৈ ঐখোযনী
খুবোম শেগাক চিংখাই লেংবান পোৎলূমনা নম্থেকপদা
চনীং তাদ্রবা ফূইনা ফূইনা হোনবা নিংশাস্বগা।

চীংমাযগী মথংদা চীংমায
মকে শেম্বিদ্রবা থেল অমদগী থেল অমা
শম্লাংশাংবী চবোৎ হাবুংলক্কুদা
চীংদোনদগী চীংখা অমা চীংযাংদগী লমদনফম অমা
ইঙেনগী জুবিৎ থবা নোংজুথা মমৈদা।

থৎচিনখ্রে খোঙলম্বী -
ঙাংলৈনবা নাপুমচুগী পূখববা চীংলৈবাক্সা
লৱাই শম চপ য়ুং তুজুংনখি
ইস! খোঙফম অমত্তং নাম্থ্রবদি

লানখি খোং অমদগী খোং অমা
মিপাইথীনা হিস!

অমুবা নোংদুমখাদা তুফাং খপ্না
অমুক নেমথ' অমুক্কা রাংখৎ
মচুগী কুরাক চরাংশিংনা হৌনদুনা পাইখি
ঐখোয়গী কোকতোন খেৎনা কবেম্নদুনা
নোংথক্তনা উচেকশিংগা লৈচীলগা লমজেল তান্নবি।

নক্লা উবা য়ুমদোমপোকশিংনি চিংঙাই-চিংচরোই
উতোনশিংগী কোকথক্তা কিশি কিদুনা লংত্রিক লংনা
যাল্লি গির্জা অমা চীনদুম্বা।

হকচাংদি লোইবে চোকথবদা
থম্মোয়দি কনখৎলক্লি হেন্নদুম উইনা নিশা পাল্লকই
ইবমদমগী কাচিন মচেৎ অমদা ইখোঙ্গল তাবে খল্লুবদা
অদুদগী চৎলক্লে ঐ ময়াম মবী মবী
ঙক থাংগত্তুনা চীংদোং চীংযা চীংখা
যেংই ইমীৎ পেম্না মচু-মচু
নাপীগী মচু চীংগী মচু
উগী মচু ঈশিংগী মচু
অতিয়াগী মচু অচীকপগী মচু
তিংথমখৈ চেম্ব্বিবা চীংলৈবাক্কী ঈফূৎকী মচু
মুকম মুরুম রা-রা নোক্লা লমজেল থারিবা
চাউর চাউব নুংজাওশিংনা ঈকয়ী শান্নরিবা
কেথ নৌথ শাৎলিবা লম লৈরাংশিংগী মচু।

কংলবা উনানা চীংজুমদা লৈওল্লবা
অমংবা নুমিৎনা চাইথরবা নুংথিলদুদা
মোংফমগী হিঙ্গোল লাছোক্লম্মী তুজুংনা
চাবিদ্রবা অমৃত চেনবা
অমুনবা চুম্ব্রে প্রোপ প্রোপ কেল্লবা
হাইথরিবা মতুম মতুম দশকুশ
চয়োম শারিবা কোলিহ্রাই
ঙক কেথদুনা চুজাক্লা শাথেল্লিবা পামশিংদা।

পুল্লিরা উপালগী শেগাদা
হঙ্গামমপাল মচুগী স্বর্নলতা চবুন যেৎলিবদু
ঐ ঙমদে পূক্লিং য়াংথোক্লা লৌবা
অঙাং ওঙ্ছোকখি আনোক শাদুনা উপশিল্লি
তাংখুলসু নোকই মুসলিমসু নোকই ঐসু নোকই।

চৎলি কোকচাওবী ককচেং শঙ্গু শঙ্গু
কৌজেং হাবৌ হয়িংখোইনা ঙংদুনা
পামেল উথক্তা শাবা উচেক মহূম
য়েংনা য়েংনা চৎলি উবৈ চবোংশিং
খ্বাঙ কোম্ভববী হনুবীগুম চৈশূ শু শুদুনা
তাংখুল নুরাবা নুরাবী খুঞ্জালক্তা
নুমিৎতু ওইখি ঐ হনুবী।

নুমিদাংব্রাইরমগী মচু তৈশিল্লক্লবদা
ঐবু য়াতাহন্নবা পুশিল্লি মঙলৈবাক্লুম
থোঙবা হাংলিবা ইমানুএল কোটেজ অমদা।
অসুক কুইবসি খল্লুদে ঙসিতা শকখঙনরিবা

ঐখোয়গী চিংঙাইগীদমক শকহেনবী
তৃমথবা য়াদ্রবা অহীংসিদা
ইরি য়াহে খরা অঙৌবা দাইরীগী চেবাংশিংদা
তেনশিল্লকবা মোমগী মৈঙালদা।

নোংঙাল্লকপদু য়াহৌ থেঙদোকখি
ঙম্লমক মীৎমাঙদা উরকই
ফুলশিং অঙাংশিং
মীৎনহাশিং খূৎশিং
থেলশিং—ঙমথবা লম্পাক্তা শান্নরিবা
মমৈ থেক্কৎলবা শল্লামচাগুম।

চীংথক্তা তারিবা
পীক্ল পীক্লবা খোঙ্গূল মচাশিং
মখোয়সিনি ঐগী মচী হৌগৎলক্লিবা সঙাইমচাশিং
অমোৎপা মচেৎ পক্কবা
মখোয়না য়োম্মী ফিগাওদা নীংতম্বা নীংতম্না
কোক্তা উপলি লৃহপ অমমম্
মদু নুমিৎকী মঙালদা কয়া লংথ্রবা
হাইফেৎতং য়েংলুবদা হেক্তা নোক্কনবা
পৃক্লিং মরূ কয়াদা চুমদ্রিং চুমথ্রবা।

ইখূৎ জূরা লোন্নদুনা
কোরৌহনবদা নুংতি নুমিৎ খূদিং নিজবা
ঐগী লাইশোলদুদা নিজখি
মরাল অমসুং চৈরাক লৈজদ্রিবা ঐগী চিংঙাই
মফমসিদা য়ৌশিনবিরক্কনু শামু লমশাশিং

ঙক থেক্কৎতুনা ঋাইথুনবা লুম্বিরনু
চীংশাংসিগী লেংজুমদা
ফেঙনীংগনবা মচী অমত্তসু ফেঙহনবিনু
কীম্বহনবিগনু ঙাংলৈনবা চেনবাক
হে মতম নত্তবদা হুম্লকপা
থেংখাং নাইবা অমোৎপা নোংলৈ
লৈনাশিং চোইজাইনহনবা
উহৈশিং মপূং ফাদনা কেলহনবা
মখে লাংনা শান্নজবিবা
নাঋাশিংগী নুংশিবা পূক্লিং লৈনম
হূবানবা চঙদুনা হূবিখিনু
মহৌশাগী মীনোক্তা নোকহনবিয়ু।

## কেকু লোৎপী

উদবা নঙতবু থিবি
মীওইবগী শোল্লবা মীৎনা।

নঙনা তূমিন্না কেকু লোৎলি
লৈবিবা পূম্নমক্কী মকমদা।

ফজবী মালেমসে মোৎশিন মোৎশিন্দুনা
শবাক ফাক্লি মাঙখ্রে মাঙখ্রে লাউনদুনা।

নঙদি তূমিন্না মোমোন নোক্লি
মচী লেঙদ্রি নবানযাইদগী।

লৈ নাচোম পাযদুনা শকলোৎনা
নহাক্লদি ঙাইবি ননাক্তা নকশিল্লকপা।

## নুমিৎ অমসুং ঊনা

হন্দক মরকসি
হকচাং ওহ্‌ঙোক্লা নুংঙাইখিদ্রে
চানীং থক্লীংবা পোক্তে।

ম্রাখলসি য়াওনা চেনশিনখি
ঐগী শিগদৌবা নুমিৎপু তম্না
মোনদা পি তপ তপ তাখি
ঐনা ঐ শিবে হায়দুনা কপচৈ।

কায়নবা য়াবা কায়নখ্রে
অনৌবা কয়াসু ঊনবে
মকপ কয়াদা নুংওনখ্রবা
ঐখোয় পোক্লকখিবসি কুইবল্লে
শাইদাংজরম্বা মীথুংশঙ মাগী মশাইকোনদা
শূপচিল্লগা য়াম্ফক তাহৌরগদবা
অমনবা ফদিগুম্বা দেহে
ও! তপ্না তপ্না কোনশিঞ্জে
খঙনরম্বা মরী-মতা পূম্নমক ইনাক্তা য়োল্লরে।

কম্না লমজেল চেল্লক্লগা
চপ লেপ্তুনা করিগুম্বা অমা ঊরকপদা

অঙাং ওইরিঙৈগী ঙকচরবা ব্লাহং
অবোক হনুবীগী শমনা করিগী ঊৌরক্লিবনো
অবোক্লা ইরাই লায়না খুমদোরকখি
মতম লোইরে তাক্লিবনি।

খোঙচৎ য়াঙবা
অয়ূক খূদিং নোংমদোল কোরৌনা
ঐবু পুদুনা চৎলি চিং চিংদুনা
ঐ নাম্থোকচবা ঙমজদে
অশংবা ঊনা অমা লীদুনা
ব্লারী লীর' লীরদুনা
অরংবা মায়থোঙদুনা মোমোন নোক্তুনা
ঐবু চৈ-থাংলকই
অপঙবা নঙগী করি মাঙজখ্রে
নঙগী করিদি তোংজবে
য়েংঙুনে নঙগী খূবাক্তুদা।

অশংবা ঊনাদুদি খুইথবক্মী
ময়ুং তেনবা ঐ ঐগী জাৎনা
মীৎকূপ কাংদনা মূৎখি মিগা থাগোন্নবা
নুংশিবা মনম চেনবশিংনা তূমদুনতা
মতমগী পাম্বোমনুংদা শূপকোন কোনশিন্দুনা
নুংশিনা চুপ্লিদুনা থম্বিহৌই
মৌ অনৌবী ওইনা অসুম।
য়াম্মা থুনা কংশিল্লক্লগনি
মপূ মাগী শক্তম লাকশিল্লি ঐনা
অশিবনা মাঙদগী কোনশিল্লক্লি

ৰাহং হংদনা পাউখুম পীরক্লি উনাদুনা
পুন্সি মরূ ওইহরিবসি হিংবনি
পাড়া ঔরাইহৌরো অরোইবা চৈথৈদুগী
খূৎকী উনাদুদা ইরবনি ৰাহৈশিং
চৎত্রিঙৈদা শেম শাজনবা।

# নোংলৈ অমসুং উনা

ৰাহৈনা য়োমশিল্লবা অমনবা থৌরাংদা
উমংসিনা
খুৎশেমগী নোংলৈ কন্না কন্না শীৎলি।

অফোংবা লানফম হৈতবশিংনা
অহিংবদু
অশিবগী মখয়াৎ ফক্কায়দুনা নমশিল্লি।

য়াখুলনা শোক্লবা
অশোকপগী
থম্মোয়দগী চেঙ্খরকপা ঈবীক অমমমদা
অশংবা উনা অমমম কেল্লি
হায়য়ু উনাসিবু ইমাগী কয়াৎ নত্তবরা?

# ঐগী শৈরেং

শাফু কনবা মতমগী নুংশিংনা
উ-উ লাউনা শীংপদা উফূলশিংগা
ঈখৈ-লৌখোং খোংবানদা অঙাংশিংগী
খোইজুপ খোইজৈ মতোনদা
লেন্নৈনা ফ্রুং ফ্রুং চোংবদা
জগোয় শাই ঐগী শৈরেংগী কলমনা।

লেপ্তুনা মীচমশিংবু তত্তনা ঈন্থুরিবা
মোংফম কোম তোংহল্লবদা
শোক্লবা থম্মোয়না লায়জৌরবদা
নৌনা ময়োল চিংখৎপী আশানা
লংজিন পূনখ্রবা লংলা খাইদোকপিদুনা
চিংশিনবি খূৎ ঐগী শৈবেংগী খূৎনা
পীরদুনা কলম মচু মচুগী মূক হাপ্লবা
ঐগী য়ুগল্লবা থম্মোয়বু
মেনশিনবি ঐগী শৈরেংশিংনা।

ঐনা তত্তনা লাল্লিবা চোম্থবিবা থৌরী কোঙোয়
কোকথক্তগী লৌথবি খৌরী চরম হূক্ত্রিঙৈ
থাঙৎপিখি ইখোঙ জূরা
লেপহন্দুনা অবাংবা চীংদোংদা।

ঐগী ইমম মন্নুবা মীৎ জূরা
পানশিনবিদুনা অনৌবা মীৎ
অরংবশিংগী মশেক মঙাল উহনবী
হৌজিক্তি ঐহাক মখা পোল্লবনি ঐগী শৈবেংগী।

# লৈরি নঙগী অমা

থীংলি নিল্লি লেপ্তুনা
গির্জা মন্দিব মসজিদ পেগোদাশিংদা
অদুবু খাংপোকশঙশিংদি
কীন্থ্বা অসুম হেনগৎলক্কি নুমিৎ খূদিংগী।

কনাগী পূক্লিংনা অযূক ওইযু যাদ্রবদা
নিশা শান্নবগুম হিংসানা
নোংলৈ নুংশিৎ কন্না কন্না শীৎপসিনি
মতম নত্তবদা থাজদবা অকিবা।

গির্জা মতোনগী
শবীক মখোলদা
নঙনা খুঞ্জিলহৌদে কবিমত্তা হৌজিকসু।

মন্দিবগী তাংথক নাইবা
কাংশি খোঞ্জেলশিংদা
নঙনা ফিগাও যাশিলহৌদে কবিমত্তা ঙসিসু।

মসজিদকী অথেঙবদা লাউবা
মিববা আজানদা
নঙনা লীশিলহৌদে কবিমত্তা নোংঙাল্লমদাইদসু।

পেগোদাগী থক্তোরকপা
লামাশিংগী 'বুধং শরনং গচ্ছামি'
নঙ ইঙ্গুদে য়াথং মচেৎ অমত্তসু।
পূকচেল মান্নদবশিংগী
শাফু কনবা ঈচেলদুনা চেম্বদুনা পুবিগ্রবসু
ফনা লৈদুনসু নুমিৎ নঙনা ঈরূগুনা
য়েক্লবা ঈগী ঈরোল নাইবা
ঐদি মঙলান কন্না মঙলি
আশা তৌরি সমুদ্র অমগী খঙঙমদবা লুথবা
মতম চূপ্না য়াদুনা লৈবা খুজোকশিংগা।

## বোরবন্ধা মশোয়

লেক-লেক লাউবা পাম্বীশিং
কয়াদি ফজখ্রবা
শারেপ শাহৌফবা বোরবন্ধা।

ফজবশিংসি রসায়ন হারননি
কৈথেলদা য়োন্নবনি
ফজরবদি মীয়াম্না পাম্নে।

অখন্নবা লূ অমদগী মশোয চবুল
হেক্তুনা ইনাক্তা পীবৈ
ওজাগী চানবা হাপচবনি
য়ূমগী চানবা ফৈদোমদি হাব হাপ্তে।

চুম্মীদনা মীওইবনা হূ চায হায়নবিবসিদি
অদুননি লেবোরেটরিদা
লেনখায় ওৎখায়দুনা ইপুম নাইপুম তাহল্লিবসে
মীওইবনা হিংবদা অশোনবা লাম্মী ওইবক্লিবা।

আহ! ফরিবোই খল্লুই মহৌশা
সেবানা ঈশিংনা
নুংশিৎনা খতুনা।

# অনৌবা শৈরেং ইদ্রিঙৈ

ঙসি কুইরবসিগী তুংদা
ঈফূৎকুম্না
ঐগী শৈরেংগী ৱাহৈ খূদিং
তহা তহা খোঙদোয়রকপদা
ঐনা তরাম্না ওকচৈ
ইনীংবা নঙসে কয়াদা মঙাও থীখ্রবনো।

ঐনা ইগে ইখিবদি
পোমশাৎনবী লৈরাংশিংগী রাজকুমারীগী
রানীশিংগী মহারানী মবেম্মশিংদুগীনি।

থাজদ্রবা ইমীৎ জুরাসিনা
তঙক তঙক য়েংই ঐনা
ইস করিনোনে ইরিবশিংসিবু
মফৈ চৎখ্রবা পামদবা ৱাহৈ
নুপাশিংগী খূরক্তা চপ্পা চুরুতকুম
মচীন মৈ মূরবা
মৈখূ ৱা ৱা কারিবা তুমশিল্লক্লবা
মোবাইল ঈরাং চৈনা কনখৎখ্রবী
মচীনবান পেন্না লৈহী চূপথোকখ্রবী
লোন্নবী নুপী।

বিষ্ণু বিষ্ণু, হয়ুম শিদবা
অল্লাহ্ যিশু
ৱাহৈশিংসে ককথৎলগে
মুকতি লোইথোকখ্রে
ঐ দুকানদা চৎপা তাই অনৌবা কলম লৈনবা।

## মতম

খোঙ থীন্দুনা নুমিৎনা
য়েংই নুংশা থীজনা
ঈনিল পীবা মীৎয়েংনা
থরেক্করবা কয়াদা।

চৎলি
হাতম পরেং পরেং
লামচা শঙ্গু শঙ্গু
অনৌবা মপোক অমা ফংনবা।

ঙাঙনৈ
মরীল চৎপা ৱাহৈ
লেপ্পা য়াদবা নিংশাস্বর হোন্দুনা
ঈয়া য়াবা চীনশিংগা
ও! মতম অসি ৱাহৈদা চৎলি।

## হে ঈশ্বর নঙোন্দা

কবিগীনোনে
পাংদিং অমদা
মীশিংসিনা অসুক ফত্তনা হিংলিবা
তোকঙাদা তেন্দোংদুনা চংলিবা।

হে ঈশ্বব
নঙ কলাকাব অমনি হায়ববদি
নৌনা য়েক্লককপা মীশিংসে
কবিগী পানবিদে থম্মোয
অদুনা ঐখোযগী খুঙ্গং
ঐখোযগী শহবশিং
মচী মচী শিদুনা তাবিবা
পৎথ-পুমথববা হকচাংশিংনা
কবিগী লৈবাকসিগী লৈহাও ওল্লক্রিবা?



সত্যবতি নিংথৌজম ওক্টোবর ১৯৬০ দা থৌবাল অচৌবা বাজার মখাদা পোকই। নিংথৌজম চাউবা অমসুং নিংথৌজম ওংবী প্রমোদিনীগী মচা অহলনি। হৌজিক হৌজিক সোসিয়েল ৱেলফেয়র দিপার্টমেন্টতা সেনিয়র সুপরভাইজর ওইনা থবক তৌবি।

অইবীগী ফোঙখ্রবা লাইরিকশিংদি ১। *সনা অপাইবী*, (শৈরেং, ১৯৯৬); ২। ***ইতিহাসকী ঈশৈ শকপী অশংবী চীং*** (শৈরেং, ১৯৯৯); ৩। ***খুমৌ লাইফমগী থৌনা ফবী মনিশংবী*** (অঙাংগী ৱাবী, ১৯৯৯); ৪। ***অমঙবা নোংলকী নোংথাঙ*** (ৱাবীমচা, ২০০০); ৫। ***নুপী অমসুং মমিশিং*** (ৱাবীমচা, ২০০৭) নি।

**অইবী অসি নোহাখোল**, যুবেম্বমনা পীবা থোঙাম উধব নীংশিং সাহিত্য মনা (২০০৯) অমসুং মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফালনা পীবা ডা: যামিনী এৱার্দ ২০১১ ফংখ্রে।

খোর্জেরোয় খুংমারূপ, থৌবাল; লৈকোল; কলচরেল ফোরম মণিপুর, সীৱেত্সকী মেম্বর ওইরি। মণিপুর সাহিত্য সমিতি, থৌবালগী দোনর কম পেট্রোজ মেম্বরনি। লাইরিক অসি অইবীগী তরুকশুবা খুদোলনি।

**মমল : ₹ ১৫০/-**

খোর্জেরোয় খুংমারূপ, থৌবাল